# MEIREE

*a Manipuri novel by :* **Moirangthem Borkanya**

*Published by:*
**Konsam Kulladhwaja**
Sagolband Tera Khuraijam Leirak,
**Imphal - 795001, Manipur, (India).**

*First impression* : **December 2003**

***Price*** : **Rs. 50/-**

*Cover* : **R K Joykumar**
Sagolband Moirangmayum Leirak,
Imphal.

*Text pictures* : **Premananda Ningombam Khongman.**

© **M. Borkanya**
Sagolband Tera Khuraijam Leirak,
Imphal - 795 001, Imphal (Manipur)

*Printed in arrangement with:*
SANATHONG
Jana Neta Irabat Road, Keishampat,
**Imphal - 795 001, Manipur (India)**

মনুং মতম চাদনা

লৈখিদ্রবা **কোনসম য়োইহেনব (বোইনাও)দা**



(সেপ্টেম্বর ২২, ১৯৯৫ - এপ্রিল ২২, ২০০৩)

ইমাগী ইবুংঙো
ঈশ্বর হায়বসে লৈত্রা লৈত্রবা
ত্রাহংতমক ওইরি ভসিসু ঐগী ইফমদা
মহাকপু থিবা হায়বসে
শাংলবা চোকথরবা
অদুগা ভাবনা শাবা খোঙচৎ অমনি।
মমাগী মফমদা লেঙদ্রিবদি নঙগী নুংশিবা
অসিনি, মসি শামবা নঙগী মীংয়েংদুনি
নোঙ্গ্রো শাউনা কপ্পা ঐঙোন্দা নিঙাই
তৌখিবশিংদুনি।

# ৱারোল খরদং

ঐহাক্না সাহিত্যদা খোঙদাবা হৌরকখিবা মতমদুদগী হৌনা সাহিত্যগী মসা খুদিংমক্তা খুখাবা পামজরকখি। অদুনা উপন্যাস অমসুং ৱারীমচাসু ইনবা হোৎনজৈ। ঐগী অহানবা উপন্যাস অমা ফোঙখ্রবা মতুংদা অতোপ্পা উপন্যাস অহুম অমসু ইবা লোইদুনা লৈরকখি। মদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী কোনবা অহুমসুবদুনি ঐহাক্না ঙসি ফোঙদোকচরিবসি।

পুন্সিদা য়াম্না খাংঙমদবা থৌদোক অমা থোকখি, ঐগী পীক্লিবা ইচানা ঐবু থাদোক্নুনা তাইবংপানদগী চৎখিবা মীৎকৃপ্তা তাইনফম খঙদদুনা ঐগী উপন্যাস অসিদা তাইনরুবগুম থোকখি। ইচাগা কায়নখ্রবা মতৃংদুদা মপানা ঐবু ওফিস কারো, য়ূমদা সুম লৈশিল্লবদি ফিভম তাররোই কয়ারক হায়খি। মরূপ মপাংশিংনসু হায়বীখিবা কয়ানি। ঐঙোন্দদি খোয়জংখিদে।

মতমদু ইচা লায়েংবগী হোস্পিটালদা লৈনবা ছুটিদা লৈখিবা মতাংনি। শোক ১৯৮৪, ঐহাক্না কোল্লাখোং প্রাইমারি হেলথ সব সেন্টরদা থৌ পুরিঙৈ মতমদা ইজখিবা উপন্যাস অদুবু নৌনা পুথোক্তুনা য়েংজখি। লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচনবা অচেৎপা ব্রখলদা য়েংজখি। নুমীৎ শাংনা চঙখিদে। ঐনা ট্রেনীং (জিঃ এনঃ: এমঃ) তৌরিঙৈদা ইজখিবা উপন্যাস অমগা লৈরি। মদুসু নুমীৎ মরিনিদমক চঙখি। খুৎই অনী অসিদি ঐগী পুন্সিগী ওইনদি অঙকপনি হায়না লৌজে। অকনবা ঈথিলনা লাকশিনখিবনা অনাবগা পাংখক ওইখি। শুফম-নোমফম খঙখিদে, তৃম্বা-চাবা চঙখিদে, অপুনবা অমনা পুখিবগুমখি। মদুগুম্বা ঈথিল অদু পুন্সিদা অমুক লাক্লরোই খনখিবনি। অদুবু, কুইরবা চহী কুনমুক্কী মতুংদা অমুক লাক্কুনা ব্রারীমচা তরামাথোই-তরানীথোইসু ইবা লোইজরে।

ঐগী উপন্যাসশিং (শিংগারৈগী লৈকাদা)গী মতুংদা ইরকখিবশিংগী মতাংদা খরদং পঞ্জবা অমদি হায়জবা মতমদা চীথবা য়াদ্রবা মীশক অমদি ঐগী লৈকাইগী ইবুং শ্রী ব্রাই ইবোমচানি। তামোনা ঐবু পুক্লিং থৌগৎপীখি। উপন্যাস ইবা য়াগনি হায়বীখি। ঐনা য়াম্না নৌরিঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈ মতমদগী হৌনা তামোগী মতুং ইঞ্জরকখিবনি। ঐবু খুৎশম্বীদুনা পুবীরকখিবনি। কয়াদা নুংশিখ্রবনো মতমদো ! অমুক হল্লকখিগনি হায়বগী থাজবা লৈত্রে।

মতমদো, সাহিত্যগী ঈচেল মবুক তপ্পা চেল্লম্মী। ব্রাখল-থম্মোয় মান্নবা ঙাক ওইখিবননি খঙদে। অমগা অমগা মখোঙ

শোম্নবগী, ইকায়খুম্ননবগী, থাজনবগী অপেনবা মহাউ ফংনরম্মী। লমজেন চেনমীন্নরিবা মীঙোন্দা, থোইনবনি হায়দুনসু  খূনীংনা থিন্দুনা ইন্থুরম্নবগী ব্রাখল চেন্নরমদে সাহিত্যদা। রাজনীতিদদি মহৌশা ওইজরবসু। ঙসিসু চেৎনা থাজরিবা ব্রাফমদি- 'ট্রুথ ইজ ব্যুটি, ব্যুটি ইজ ট্রুথ' হায়বগুম, অচুম্বা অফবা পোথোক্তি কুইর-কুইরগা মগুণ হেনগৎলকই কনানসু নমথবা ঙম্রোই অদুনা অচুম্বা অফবা পোথোক পুথোক্ল বা হোৎনবনা ঐখোয়গী অচুম্বা পান্দম ওইগদবনি হায়বসিনি।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনজরকখিবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইতৈইবুংঙো মণীন্দ্র কোন্সম, এডিটর, সনথোঙ্গী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। মখুমগী লাই য়েকপীরকখিবা ওজা শ্রী আর কে জয়কুমার অমদি মনুংগী লাইশিং য়েকপীরকখিবা ইনাউ প্রেমানন্দ নিঙোম্বম, অনীগী মফমদসু লমন তোন্সিঞ্জরে।

**এমঃ বরকন্যা**

৩-১২-২০০৩। তেরা খুরাইজম লৈরক।



- গুদ মোর্নিং মোনি।

চিলদ্রেন হোমগী অঙাংগী কা অমদা থৱায য়াওনা লাইরিক পারিবী মোনিকাদা মলয়ানা ৱিস পীরকই, থংনবা কাগী থোঙনাউদগী।

- গুদ মোর্নিং চাচা।

অদুগা নৌরিবী মরাল লৈজদ্রিবী মাইথোংনা মোমোন নোক্লকই। মীনোকসিগী মকমদা মলযাগী পুন্সিগী থূপ্লবা ৱারী কয়া লৈরি। ৱারীশিংদুনা অমুবা পর্দা হাইদোক্তুনা মহাকপু মূনা য়েংলকপগুম তৌরি।

- আই এপ্রিসিএট য়্যু ফোর য়োব ষ্টদি।

- থেঙ্ক য়্যু চাচ'।

অঙনবা অয়ুক্কী অতিয়ানা মহাক্কী ঙাঙলৈনবা মাইখুমফি হাইদোক্তুনা মহৌশাগী জগোয় খূত্থেক য়েংগদবগী শেম শারক্লে। নিংথমগী ঈংলবা অয়ুক অসিদা মলয়ানা চিলড্রেন হোম অসিগী কিটচন গার্দেন্দা হৌরিবা নিংথমগী মনা মশীংশিংবু ঈশিং চাইরি। মহাক্কী পুন্সিদি থবক্কী পুন্সিনি। ঈংলবা ব্লাকচীংগী উনখালক্তা মোমোন নোক্লা লৈশাৎ তম্লক্লবী মালিকানি মহাক্তি। উনখা তার তারগা থোইনা হেন্নদুম নীংথিজৈ।

তেনখ্রবা মতম চহী তরাগী মনূংসিদা চিলড্রেন হোম অসি অঙকপা ফংনা চাওখৎপা উরে। মসিদা লৈরিবা পার্ক, ফ্লবর বেদস, দিসপেন্সরি, ব্রেলফিয়র য়ুনিট, থরো থম্বাল শাৎপা অচৌবা পূখ্রি অমদি মসিদা হিংলিবা অঙাংশিংসিগী পুন্সিনা মসিগী লেঙদ্রবা খূদম ওইরি।

চিলড্রেন হোম অসি মমা মপা লৈতবা অমদি লায়রবা মমা মপানা শেন্থীবা ঙমদবা অঙাংশিংগীদমক্তসু নত্রি। থবক ফংদবা লৈকায়দুগী লৈশাবী অমদি মৌশিংগী এমব্রোইদরি সেন্টর অমসু ব্রেলফিয়ব য়ুনিত্তা হাংদুনা মখোয়বু থবক পীবা ঙম্লি। হোম অসিগী ইনকমসু হেনগৎহল্লি। মতম শাংনা মঙজরক্লবা মলযাগী মঙ ঙসিদি শক্লাইবা মুত্তী ওইনা চোংথোক্লরে।

ফক্লাং ঘরীনা মবিরক খীংলকই, অয়ুক্কী পূ মরি তারে। মোনিকানা ভেরেন্দাদা য়াল্লিবা কাংশিদু মবিরক খীং। তুম্মরম্না অঙাং পূম্ন মক হৌগৎনদুনা অয়ুক্কী তৌগদবা মথৌ তৌনৈ, মলয়ানা তৌবা থবক্তা মতেং পাংলি। মতুংদা হবাউ তম্মা মলযাগা লোয়ননা দাইনিং রুমদা মযাম ব্রেক ফাষ্ট লৌমিন্নি।

নুমিদাংৱাইরম্মি।

য়োইহেন মাগী কাদা সাহিত্যগী জর্নেল অমদা হাপ্লকপা মলয়াগী শৈরেং অমা পারি। শৈরেংদুগী ময়েক খুদিংমক্লা মাগী থম্মোয়গী কাচিন কোয়া খূদিং নৈশিন্দুনা লৈবগুম তৌরি।

*''হিনো মপালগী মনম ফংবদা*
*এনা নঙগী নমিংবু নীংশিংই*
*পোমশাৎনবীগী লৈকা হাইদোকপা উরগা*
*লাঙতক্লরকই থম্মোয়, নুংশিবা নঙগীদমক।*
*অদুবু ফূইরবা নোংদুম্নি নঙদি*
*মহাসাগরদগী তোরকপা।*
*পাইখো ঈপাক তম্না*
*লৈহাওচেনবা তম্পাক তম্না।*
*থীকথাগে হোৎনগনু ঈরিক অমত্তসু*
*ঈথোলাংলা থবাকসিদা লৈকংলা এগী।*
*অদুগী শক্লক লাংহল্লম্মু উরুম মীৎকুপ অমত্তং*
*মিশানা কনসিনহল্লা থম্মোয়সিদা*
*কোক্লবদি ঈথোলাংবা*
*মাঙখিগনি ঙাইজবগী নুংঙাইবসু।''*

মবুক তপ্লবী ঈচেলনা চেল্লি অতোপ্পগী য়াইফবা পাউ পুদুনা। উইহনা লুমথংহল্লবী হৈপালস্ লেপ্পি লম্লানবাশংগীদমক। মসিনা মখোয়গী মঙলান্না আশানি। নহাত্তিঃ লৈকংলা নত্তে অতোপ্পগীদমক পুন্সি কাংখো ক্লবী ঈপান্থাগী তু বেলান। করিগী নশাবু লৈকা লাগা

চাংদম্নবগে ? নহাক্কী থূপ্লবা থম্মোয়দগী থোবল্লিবা ৱারোলশিংসিনা ফোঙওমদ্রবা পাউখোঙ চৰ্ল্ল ঐঙোন্দা। নহাক্কী শৈরেং খূদিংমক্লা ঐগী থম্মোয়বু তোয়না মীৎকপ থোকহল্লি। ঐহাক তশেংনা খঙই নঙদি তাইবঙসিদগী তোপ তোপ্পা শক্তম্নি। নহাক্কী মঙ নহাক্কী আশা কনানা হায়বা ঙমগদগে? নঙগুম্বী অমগা নক্লজরুবা অমদি থম্মোয়দুদা ঐহাক্কী মফম মচেৎ অমত্তং ফংজরিবা অসিনা মপোকসিগী মহৈ য়ানবনি।

ঙাসিল্লিবা থোঙদা মপান্দগী কনানো অমনা কাক কাক থীল্লকই।

- য়েস প্লিজ, চঙবীরকউ চঙবীরকউ।
- গুদ ইভনিং তামো।
- গুদ ইভনিং, ফম্বীয়ু।

মলয়ানা য়োইহেনবগা মাইয়োক্লনা থাবিবা সোফাদুদা ফম্মী।

-নহাক্কী শৈরেং অমা পারম্বনি। মসিগী থাগৎ ৱাহৈগীদমকস্ খল্লম্বনি।
- করম্বা শৈরেংনো?
-'ৱাকৎ' হন্দক্কী 'সাহিত্য'দা হাপ্লকপদো।
- ইচম চম্বা পূক্লিং ঈথিল অমত্তংনিদা তামো, কুইববনি ইর্জাখিবা।
- ঐঙোন্দাদ ওন্থোক্লা থাক ৱাংখ্রে।
- থাগৎচাব। ঐহাক তামোগা বা অমত্তং তান্নজনীংদুনা লাকপনি।
- করম্বা বাফম্নো?
-ঐগী অচৌংশিংগী মরক্তা থবদি য়েকপদা থর খূৎলোইবগুম তৌই। অদুনা মখোয়গী অখন্নবা ক্লাস অমদি হাপচনীংই।

- মদু য়াম্না ফবা ৱানি। অঙাংশিংদি মশা মশানা খুৎলোইবা পামজবা হীরমদা থাজিনবীগদবনি। ক্লাস অমা হাপসি মতম অমা শেম্লগা ঐ ইশামক্লা ক্লাস লৌনবা হোৎনগে।
- থাগৎচরি তামো। তামোগী লমন্দি ঐ অমদি আশ্রম অসিগী অঙাংশিংনা শিংবা ঙম্লরোইদবনি। তামোগা থেংনবমদ্রবদি ঐনা নীংলিবা খূদিংমক মঙ ওইদুনা তোক্লমগনি।
-মদু নত্তে মালা, নহাক্কা নক্লজরুবনা ঐনা ঙসি উপাই লৈত্রবা অঙাংশিংসিগী মতেং খরদং ওইরবসু পাংবা ফংলি। মী ওইনা পোকপগী মহৈ ফংজরি, ঐনা নঙবু থাগৎলি।
-ঐগীসু তামোগী মফমদা ৱাকৎ অমদি লৈ, অসুক মমল যাম্লবা তামোগী পুন্সিবু অসুম্না মরুভূমীদা হৌবা উপালগুম নাইতোম কংদুনা মাঙহনবদি পাম্মুজে।
- নহাক্কী ৱাখল লাল্লে মালা। পুন্সি অসি কেমখিগনি অদুবু মহাক্কী ৱাবীদি অমুক কংলবোইদবা য়েন্নীং ওইনা লৈহৌবগনি। ঐগী মথোৎ কারকপা মতাঙদা মঙজখিবা মঙ অমা কাযখ্রে। মদুদগী হেন্না ফজবা মঙ অমা ঐনা ঙসি মঙলি মসিদি শোয়দনা মহৈ যালহনগনি।

ঈংলবী মীৎশ্নানা মহাকপু যেংলকই। খঙহৌদনা মীৎ মখি মীৎচান্নরকই। চীক্লবা অহীংগী থাবলগুম মীৎয়েংশিংসিনা মখোয়গী থম্মোয়দা শন্দোক্লকই। মীৎকুপসিদ মাঙখি তাইবংগী ওইবা শক্তমশিং চীং পাং তুরেল, লবুক লম্চাং, উপাল ৱাপাল, হৈ লৈ, উচেক খ্যা পূম্নমক। মখোয অনীংগী ওইবা চীক্লবা লমদম্নি।

মফম অসিদা থম্মোয় অনীনা পাউদম্লবি নঙ ঐ তাইবঙগী ওইবা হকচাংগী মরী লৈনদ্রবসু থরায় মশেন্দি তংনা থানবরোইদবা লীপুন্না পুন্সিনখ্রবনি। তাইবঙগী করিগুম্বা চৈথেং অমত্তনা ঐখোয়বু তোখাই তাহনবা ঙম্লরোই।

খোঞ্জেল অসিগী খোম্থাংনা মখোয়বু য়াকায়হল্লি অচীকপা অহীং কয়াদা অদুগা মখোয়গী কলম অমদি তুবিনা শারকই ময়াই কারবা জগোয় শাথেক কয়াদা।

- 'ঐনা থাজে নঙগী নীংবগী পাংগল অসুক্কী মতীক কল্লী। নহাক্কী থৌরাং খুদিং শোযদনা মহৈ য়ানগনি।' য়োইহেনবনা অচীকপা থুগাইবকই।
- মদুতনি ঐনা মপু মাগী মফমদা নিজরিবসু।
- গ্রান্টকী ব্রাফমদু কমদৌখ্রে ?
- মথং থাদগী পীরনি হায়বা অযাবা অমা ফংজরে।
- ফরে, চহীগী ওইনা ফংবর্বদি চহী তংখায়গী ওইনা ফংবসিনা শীন্নবা খব নুংঙাইগনি। নুপামচা খর লাকলম্বগী পাউ তাখি মদু কমদৌখ্রে ?
- মদুগী ব্রাফমদু লোইশিন্নখ্রে তামো। যান্নবা পুবকখ্রে। করিগীসু য়ারোইদৌরিবনো শেংনা খঙহল্লবদবু। ঐনা তৌজরিবা হোৎনজবিবসে মখোযনদুম হেন্না খঙবীফম থোকই। মখোয়না মাইখুম উপ্পা ওইরগদি খঙদ্রে।
- চুম্মী, ফোংনা লাউনা ফোঙদোকপা ঙমজদবগী ব্রানি মীয়ামগী থম্মোয়দা পেন্দবা কযা লৈবে।
- মসি অমগা অমগা পাউ শেংনা ফাওনদবনা ওইরম্বসু য়াই তাযনা খঞ্জে তামো। পাউ ফাওদোকুদনা অসুম্মক

লৈরবদি মখোয়গী মফমদা থন্নম্বা মীয়ামগী থাজবসু মাঙলক্কনি ওয় তৈনবা অমদা চৎখিবা য়াই। চহী তরামুক্কী মমাঙদদি মীয়াম্না মখোয়বু লুনা নুংশিনা লাইমক্লি খন্না থম্মোয়দা লাৎনখিবনি ইকাইখুম্নখিবনি অদুবু চহী খরসিদা মখোয়গী মথক্তা পেন্দবা মীৎয়েং য়েংনবা য়াওরক্লিবসি করিগুম্বা অমদি তশেংনা লৈরবনি।

ঐগী মত্তদি মালা, শিববু, অব্রাবা খুদোংথীববু শান্নবগুম খন্দূনা মমালৈবাক্কীদমক্লি হায়দুনা চোংথোরক্লিবসিসু তশেংনা থম্মোয় শেংবা থম্মোয়দা শোকপা নত্তনদি কনাসু ঙল্লোই অদুবু লাইবক থীবনা মরন্নাই ফৃরিৎখাউ চোন্নবা হোৎনবা লৈখা তারবা খরনা মখোয়গী ফজরবা শক্তমবু মাঙহন্নবা হোৎনবসু য়াওদবা নত্তে।

- অচুম্বনি তামো, মীয়ামগী মীৎয়েংদা কনানা ক্লাক্লো কনানা ব্রাহোংনো হায়বদু খন্দোকফম খঙদবগুম তৌবি। মীয়ামগীদমক হৌবা লালহৌ ওইরবদি মীয়ামগী অপাম পামদগা নকশিন্ননা চৎমিন্নরবদি নোংমা নত্রগা নোংমা মখোয়গী মফমদা থাজবা লাকখিগনি।
- ঐগী ব্রাখলদা লৈবাক নীংবা হায়বসে মরৈবাক চাওখৎনবা খল্লীবা অমদি হোৎনরিবশিংদুবুনি হায়বসিনি। ঙসি মীথোই মীহেনবা ওইরিবা মালেমসিগী খুনাই খুদিংমক্কী লাইবক্তা রিভোলুসন হায়বসি থেংনখিবমক্তনি। জাতি অমনা তুংদা হল্লক্লবা মৃৎখিগদৌরবা মতমদা রিভোলুসন থোরকই। অদুনদি মসি কয়াদা তঙাইফদ্রবা থাক ব্রাংলবা লাঞ্জংনো ? অদুবু লাবিবদি মৈ চুখৎকদৌরিবা খৃৎ অদুনি। খৃৎ অদুনা মতীক চদ্রবদি জাতি অদু মরক্ত ফংনা মাঙখিবা তাবনি।

- অচুম্বনি তামো, লালহৌবা অমা ওইবা তারদি অব্রাংবা থাক্কী কখোকপা মথৌ তাই, থৌনা লৈবা, মতীক চানা লৌশিং লৈবা, অচুম অরান খল পুবা ঙম্বা মীওইবা ওইবা তাই অদুনা মতীক চানা লাইরিক হৈবা মী ওইবা তঙাইফদে। ঐহাক্না ভোলসেবিয়ান লালহৌবা চে গুইবরাবু কাউবা ঙমদে। মহাক্কুম্বা লুচিংবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৈরবরা ? মসিনি ঐনা হংজরিবা।
- করিগী লৈতনি নেতা ইরাবোত লৈরিবসিদি। মহাক্কী শক্তম কংলৈচাশিংগী থম্মোয়দা কাউঙমদনা লাৎনরিবসিদি।
- অদুবু ঐনা হায়জবদি লুচিংবা খূদিংমক চে গুইবরাগুম্বা ইরাবোতকুম্বা ওইফম থোকই হায়জবনি। ঙম্লোইদবা লৈরবদি মখোয় থোরক্রবসু য়াই হায়জবনি। ঐখোয়গী লৈবাক্তদি লালহৌবা হায়বসিমক রাজনীতিনা তৌবগুম মেজিক্কী তুপি ওন্থোরক্লবরা হায়বসিনি ঐনা খঞ্জরিবা। পব্লার লাইজ ওন ড বেরেল ওব গন হায়বা ব্রাফমদুদা শক্তি লান্না শীজিন্নরবদি মদু লালহৌবা নত্তে দিক্টেটরসিপ লাক্কদৌরিবনি। মীচম ঐখোয়গী ফন্দামেন্টেল রাইট, ফ্রিদম ওব স্পিচ, ফ্রিদম ওব রাইটিং এন্দ এক্সপ্রেসিং ফাওবা মৎপিখ্রবগুম হায়নীংবা ঙাঙনীংবা কয়াসু হায়ঙমদনা ঐখোয মশেল মুকম মুকম শোন্নরগা 'তাখিনি তাখিনি' হায়না লোইশিন্নরি। মসিবু অচুম্বা ব্রাফম্লা ? য়ুখলগী মরুমদা কবি লৈরিবগে হায়বসি ঐখোয়না থিজিনফম থোক্লে।

- নীংতম্বা পাম্বা হায়বসে মীওইবগী লমচৎনি। মীখা পোনবা পাম্লবদি তীন কাঙগুম্লবনি। অদুনা মীখা পোনদবা চাওখৎপা খুনাই অমা ওইবা পাম্লবদি লালহৌবা ঙাক্তেদা তাইনবা য়ারোই। ঐখোয় খৃদিংমক্লা খৃৎশম্নদুনা ইরৈবাক চাওখৎনবা হোৎনবা তাই। মরৈবাক্কীদমক থব্রায় কখোক্লিবা ঈ কখোক্লিবা মখোয় খরতবু লৈবাক নীংবা কৌবা য়ারোই। মরৈবাক্কীদমক হিংজবা নোমজবা কয়াসু লৈরি। মখোয়সু মরৈবাক নীংবনি।
- ঐখোয়গী লোয়শংশিংদা অপীকপদগী চিংনা অচৌবা ফাওবদা লৈরিবা মীওইশিংনা মশা মশাগী মথৌ অমদি মদুগী মমল মশক খঙনা থবক তৌনরবদি নোংমা শোয়দনা ঐখোয়গী লৈবাকসি মীথোই মীহেনবা ওইগনি। ঐনা জাপানীজশিংবু য়াম্না নুংশিজে অমদি ইকাই খুম্নজে। মখোয়গুম্না হোৎনবা কনবা অখাঙ কনবা জাতি এসিয়াদা লৈত্রি। জাপানীজশিংগী মথৌনানা পীকখ্রবা জাপান্না এসিয়াদতা নত্তনা পাক চাউরবা মালেমদা মখোয়গী মফম অমা কনবা ঙম্লি। ঐখোয়সুনি মখোয়না ঐখোয়দগী করিবু হেনবগে ? মখোয়দগী ঐখোয়না হেনবা মফমসু লৈরিবনি। ঐখোয়না হোৎনবা ব্রাৎপননি।মসিনা মতমগী ব্রাফম হায়বদুনি। হয়েংদি ঐগী অঙাংশিংগা লোয়নদা পিক্লীক্কী মওংদা উ থাবগী প্রোগ্রাম অমা শেমজরি তামোসু য়াওবীগদবনি।

-শোয়দনা য়াওগনি। মফমদি কদায়দনো ?

- কাইনাদা।

মতম অমত্তদা অনীমক্কী থস্মোয়দা হৌখিবা থৌদোক অমগী ঈথক্লা ঙা থেংদুনা শান্নরকই।



# ২

অয়ুক পূং তরেৎ তারে। য়োইহেন অমদি মলয়া অঙাংশিংদুগা লোয়ননা কাইনা চীংগোলদা থুংলরে। আশ্রমগী পুজারিদুসু য়াওরি। চহী তরানিথোইদগী তরামঙা ফাওবগী মঙাং ঙাক্তনি মলয়ানা মফমসিদা পুরক্লিবসি। অপীকপমখৈদি আশ্রমদা লৈহৌরি। ইচম চম্বা পিক্লীক্কী মওংদা শীনবা প্রোগ্রাম্নি। ময়াম ব্রেক ফাষ্ট লৌরগা উ থাবা হৌনরকই। য়োইহেন্না ময়াম্না থবক শূবদু ফোটো লৌরি। থৌরি তিংদুনা থাফম শেম্বদা মতেং পাংলি। নুপামচামখৈনা তৌরি, নুপীমচাশিংনা অপীক অপীকপা চারাশিংদু থাবি, মলয়াসু উ থাবা য়াওরি। পুজারিনা চাক থোংগৎলি, মলয়াগী মন্দোমচানা ইসাং শেল্লি।

অয়ুক পূং তরামাথোই তারে। থবক শূবদা ৱারবা অঙাংশিংদু মলয়ানা পোথাহল্লি। লঞ্চকী মতম ওইরক্কদৌবে। য়োইহেন্না চীংচেপ্তা ফমদুনা কাইনা চীংগোলগী ফজবা য়েংলি। মতমদু পোয়নু থানি। স্না মচুগী ফৌচরোংগী লবুক অশংবা চীংদুম্না ফীবাল চল্লিবা কাইনা চীংগোলগী দৃশ্য, চীংয়া নপ্পা পাইরিবা উরোক পরেংশিংবু উরগা খঞ্জে মলয়ানা- ''পুন্সিগী পোৎলুম নাচুংদনা কৈদনো লমথুংফম অমদা পাইরি চেক্লা নখোয়না। ঐগী পুন্সিসু শাখপ তোয়না পাইরি নুংশিবা মাগী হাঙলা মালং অসিদা। খঙবীদসনু তাইবঙ কনানা ঐগী পুক্নীংগী ৱাকৎ, নীংজবা মানা ফাওবা খঙবীদসনু ঐগুম্না লাইবক ফবী অমা লমদম কৈদবু লৈরমগনি।''
য়োইহেনবনা পাওমেল্লকই ''অশংবা চীংয়াদা মুক্তা পরেংগুম পাইরিবা উরোকশা, মতম অমা নখোয়গুম নীংতম্না পাইজবী চেক্লা অমবু ফাদুনা য়োকচনীংলুই ঐগী থম্মোয় পোন্নুংদা। অদুবু ঙসিদি অমুক ফাজিন্নীংবগী অপাম্বা লৈতরে মহাকপু। মনীং তম্না পাইরসনু লবুক লম্কাং চীংয়া তময়াদা। মহাক্কী নীংতম্বগী অমেঙবা শৈশক্তা মালংগী ঈপোমদা খপ্লিবা শাখপ্তা লোত্তুনা লৈবি ঐগী পুন্সিগী ঈশৈসু। ঈশৈ অসিবু ঙংলগা কাউজগে পুন্সিগী চৈনা কয়াবু''।

মনাক্তা লৈরিবা ষ্টেরিওদু য়োইহেন্না থাগৎলকই। ঈশৈ অমগী খোম্লাংনা চীংগোলদু নিল্লকই। মলয়াসু মশামকফা ও খঙজহৌদনা মহাক্কী নাক্তা তুমিন্না ফম্লবে।

*মহৌশা নঙগী চাক্ল নশাইকোন*
*য়েন্নীং তুনাখি থম্মোয় মালিকা।*
*চান্নবী মাগী নুংশি লোংজুথোল*

*খোঙ্থাং য়েরী থম্মোয়নুংদা।*
*কেকু লোৎলি শংবান্ন ফীজি*
*ঈংল লৈনম ওইনা নঙগী*
*মাগী মোমোন মীনোক মীৎয়েং।*
*কংল মালেম ফাওদোক্নু ডুৎলনি*
*খোৎল ময়োন্না নঙবু শৈথারি*
*থম্মোয় ঐগী তনিক্ন খাঙজৈ*
*লেপ্পী মাদি বৃংগী শক্তমগুম*
*অসুক কনবরনে থম্মোয় মাগী চান্নবী ?*

খঙহৌদনা মহাক্কী মীৎলুদা পিরিক খব ঈহৌরক্লি। পুন্সিগী লন্বী তংখায় য়ৌরকপা মতমসিদা নুংশিবা শৈশক অসিনা হৌখ্রবা য়েন্নীংথাগী ৱারীবু নীংশিংহনবগুম তৌবকই। মলযানা মাবু চিংনা য়েংলকই। মহাক্কী মীৎয়েংদুনা হায়বগুম তৌরি- 'নুপানবু অদুক থম্মোয় শোনবরা ?'

ময়াম লঞ্চ লৌনবা লোইরে। ঙহাক পোৎথানরগা অমুক থবক শূবা হৌনরক্লে। মখোয়না পুরকপা গোলদ মহর মখলশিং নাশিক পাম্বী অমদি জারোন পাম্বীশিংদু চীংমাইদুমা থুংনা থারে।
নুংথিলগী পূং মরি তারে। আশ্রমগী অঙাংশিংদু পুবদুনা মলয়া. যোইহেন অমদি মন্দোমচা আশ্রমলোমদা লাক্লে।
অহীংগী অতিয়ানা শংবান্নবী থাবলগী ফীজোল শেক্তুনা মতাবোই থারিকথাগী পাউদম তাগদবগী থোরক্লে। মলযা চিলদ্রেন হোম অসিদা লৈবা মাগী কাগী থোঙনাউ হাংদোক্তুনা থাবলগী কুম্মৈ

য়েংলি। মালংবনা লিরি হুস্বদা থোঙনাউ মপাদা শাৎপা কবোক্লৈশিংদু তনিক তনিক্লি। মহাক্কী থম্মোয়দা নীংশিংবগী ঈথক হৌরকই। য়োইহেনবগী শক্তম্না মীৎমাঙদা লিপৎ লিপৎ থোরকই।

নুমিদাংৱাইবম অমনি।

মলয়া শূমাংদা লেপ্তুনা তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা শংবান্নবা নোংচূপ চীংমাইদগী থক্তোরক্তুনা অশংবা ঊনা ৱানাদা সনা মচুগী ঈথক ঈপোম শন্দোক্লিবদু য়েংলম্মী। হাঙলবা মালংদা নীংতম্না শান্নরিবা চেক্লাশিংগী ঈশৈনা মহাকপু লাঙতক্লহনখি। হিংবগী অফা অপুন য়োৎষ্লীংদগী নাহ্বোক্তুনা চেক্লাচাগুম পাইজখি মীৎকুপ অমত্তং। মাগী থম্মোয়দা কল্পনাগী ঈথক ঈহৌরক্লম্মী। বীনো চঙলকই মহাক্কী মতুংলোমদগী মমীৎ খুমজিললক্লম্মী, মথন্তগী ওইবা তাইবঙ মাঙখি। খোয়শাউনবগুম হায়রকখি- 'খঙলেসে বীনো, ঙাওশিন্ননু।'
বীনোনা মখূৎ থাদোক্লম্মী।

- কনাগী ৱাখল খল্লীনো?
- নঙসিমা, সুম লেপ্লম্বনিদা। করি হায়বগে ?
- হয়েং ঐখোয় কাইনাদা লাই খুরুম্বা চৎকনি, য়ারল পাৎসু য়েংগনি। নহাকসু চৎলুসি।
- কনা কনানো ?
- লৈকাইগী পাখং লৈশাবীশিংনি মৌ খরসু য়াওগনি। আউটসাইদব অমা অনীসু য়াওগনি হায়।
- পূং কয়াদগীনো ?
- অয়ুক পূং তরেক্ত্ৰগী। চাবা থকপসু পিক্লীক্কী মওংদা তৌরদবনি।
- শোযদনা য়াওগনি, ঐস্‌ কাইনা অমুক্তং য়ৌনীংলম্মান।

কায়না চীংগোলনি। লাইখুরুম্বা লাকপা মীওইশিংদু পুরদুনা কেন্টরদু তপ্না লোইরোই লোইরোই কাখৎলক্লি মশা ৱাই শংদ্রবী লাইরেন অমোমগুম্না। মফমদু য়ৌবক্লে। লমদাং চাবা মফম অমদা কেন্টরদু খাম্লে। চীংদুম মচা অমগী মথক্তা ইবুংঙোগী মন্দির লৈরি। মন্দিরদুগী মমাঙদা চাউরবা মান্দব, অকোয়বদা হৌরিবা হৈবাংগোই পাম্বী, হৈনৌ, পুংদোল, থৈবোং পাম্বী, গুলাব পাম্বী, মালিকা, জাতিকুপ্পীনচিংবা লৈপালশিংনা লৈতেংলদুনা য়েংবদা নীংথিরবা কুঞ্জবন অমা ওইহল্লি। অদুঙৈ শ্রীগোবীন্দনা মনাইগী মঙলানচান্দা লাকপীদুনা তাকপীরম্বা য়াথংগী মতুং ইন্না চীংথংখোম্বা মহারাজনা ইবুংঙোগী শক্তম মিতমজখি মফমদুদা হৌবা থৈবোং পাম্বীনা। মতমদুদগী হৌনা ইবুংঙোগী খুভম লৈরক্লবনি।

লাই খুরুম্বা লাকপা মীওইশিংদু মানা মানা ঙমজবা লৈ, পৈশা ইবুংঙোগী খূয়াদা কৎচরি। শেংলবা থম্মোয়না যাইফ মংগোল নিজরি। মলয়াগী লাইবক্তা পুজারিনা সিন্দুর নন্নীরি। লাই খুরুম্বা লোইরদুনা মায় লৈথোরকপদা মাগী হেক মতৃংদা চঙলকপা য়োইহেনগা মীৎচান্নখি। মতম অমত্তদা অনীগী থম্মোয়দা মীৎযেংশিংদুনা থাবলগী ঈপোমগুম শন্দোরক্লম্মী। অঙাংবা সিন্দুরনা লৈতেংবী মলয়াগী তনৌ তনৌবী মায়থোংদু ইকাইবগী মশেক্লা ফৃদোংলকই। লাঙতক্লরবা য়োইহেনবগী থম্মোয়না তত্তনা হংজখি- ‘পুন্সিগী অঙনবা যেন্নীংথাগী অয়ুক অসিদা লৈরাং চবোং পুদুনা লাক্লিবী নঙবু কনানো ? নঙবু উবগা থম্মোয়সিনা অসুক তয়াং তশোযরিবা করম্বা জাদু হৈবীনো নহাকপু।’

লাইখুরুম্বা লাকপশিংদু মানা মানা থোকপা চীং কানরি, মহৌশাগী ফজবা শক্তম্বু য়েংদুনা পৃক্লীং ঈংনবি। য়োইহেনস্ লাই য়েক্লবা

মপোৎ মচৈ হাপ্লা খাউদু য়ান্দুনা মলয়াগী হেক মতূংদা চীং কাখৎলম্মী। শকখঙদবদুনা মহাক্কী মনাক নকশিল্লকপদুদা মলয়াগী পৃক্লীং হকচাং তয়াং তশোইরম্মী মঙ হাদা চৎপগুম মঙম ইশান শাল্লমদে। খঙহৌদনা মমাঙদা লৈরম্লা নূংজাউ অমদা খুদি থীদুনা খোঙফম শোয়বদগী মতৃংলোমদা খোঙথাং অমা অনী নাম্বুরক্লম্মী। য়োইহেনবনা মাবু কোনবোই য়ানবোই ঙাক্লম্মী। সুপ্নগী মীৎকুপ খরদনি, পাখংগী থম্মোয়দা চোংবা মঙাওথীবা মিহুলগী চৈথেং মহাক্কী মনমগন্দা ময়েক শেংনা ফংলম্মী।

-"কৈদৌরে কৈদৌরে" মীশিংগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় অনীমক মশাবু নীংশিংজবক্লবগুম খোঙফম হন্দোক্লে। অমুক্কসু মীৎচান্নখি। ঊৎ মচুগী ফূরিৎ লীৎপা ৱাং চাউনা চূং ফীরাল চাবা শাবান, মরোল লোনবা মীৎস্না অনী হকচীন্না মমি তাখি মলয়াগী থম্মোয় মিংশেলদা। তশেংনমক অতাঙবা শক্তম্নি মসিদি। মলয়া মীৎয়েংদুগী কোবৌ মশেক্তা থম্মোয় মরাঙ হৌরবী লুরুক্লবী লৈরাংগুম ইকাইনা হাইফেৎ নোক্লম্মী। -'মীনোক অসি অসুক্কী মতীক সুক্ষৎলবসু অসুক্কী মতীক চেকশিল্লি, লৈহী ঈরিক অমত্তংদসু লৈকাদগী পাথোক্তুনা অরেম্বদা মাঙহন্দে। পোমশাৎনবী কয়াসু মাইথীরে নফমদা, ঐগী পুন্সিসু মাইথীরগনি লমলানবী।' য়োইহেনবনা খঞ্জরম্মী।

য়োইহেন্না চীংচেপ্তা হৌবা লৈহাউ পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা কাইনাগী সিনরি য়েকপা হৌবম্মী। বীনোগা মলয়াগা মহাক্কী মতূংদা চঙলক্লম্মী। থম্মোয়দা মমি তারিবা মহৌশাগী শক্তমদা লূপশিল্লদুনা মহাক্লা মমি লাকপা হৌরকই। তুরিগী জগোয় মচুগী শাথেক্লা মাবু তাইবঙগী সনম মিনম ৱাংমদা থম্বীরম্মী।

লাইয়েকপা লোইশিল্লক্লে। ঙসাইমথৈ মহাক্কী মতুংদা বীনোগা মলয়াগা তুমিন্না লেপ্পুনা মহাক্কী মতৌ য়েংলিবনি।

- তামো অদুক থব্রায় য়াওনা য়েকপীরিদুবু করিনো ?
- এ বীনো, কাইনাগী সিন মতেক অমা য়েক্লম্বনি।
- ঐখোয়সু অমুক্তা য়েংজগে য়াগদ্রা ?
- করিগী য়াদনি, সে য়েংউসে।

বীনোগা মলয়াগা অয়েকপদু য়েংলম্মী।

- ওন্থোক্লা ফজে, লোইরোই ঙমখৎখ্রিবা চীংশাং নাপোম, মাঙদা উরিবা লবুক্তা ফৌনানা লেঙ লেঙ চৎলিবা অয়েকপনি হায়ববু থাজবা ঙমদে। ঐখোয়সু ফনা য়াম্না উরে তামোগী মচু খুথাসিগা চাংদম্নবা য়াবা অমত্তা থেংনদ্রি।
- 'কা হেন্নদি থাগৎকনু বীনো। থাগৎপা হায়বসি হরাওনীংঙাইনি অদুবু মীনা নোক্লনি।' মলয়াদা হাইফেৎ য়েংদুনা হায়রম্মী।
- কনানো নোক্লগদবা মীশিবো ? ইহে তামোগী মচুদা ঙাওরিঙৈ মাবু শক তাকপা কাউথোক্লে। মহাক মলয়ানি ঐগী মরূপ, শৈরেং ইবীনি। ঐখোয় লৈকাইদা লৈবীনি।
- মিং তাজবদি কুইরে। ঐহাকসু ইবা হৈজদবগী ব্রানি শৈরেংবু য়াম্না নুংশিজবা মীনি। জর্নেলদা হাপ্লকবা অদোমগী শৈরেং খৃদিংমকপু খৌরাংনা ঙাইজবা মীশক অমসুনি।
- ঐগী লাইবক ফবনি ঙসিদি অদোমগী পেন্টিংসু মহাও তংজবা ফংজবে।
- ঙসিগী খোঙচৎশি তশেংনা মমল য়াম্মী বীনো মতৃংদা অমুক কাউর্গনি হায়বা থাজদে।

- ঐসু অদুম্না খল্লী তামো।

অদুগা মলয়াদা মরৌ লৈনা য়েংলকই। মলয়াগী মাইথোংদা ইকাইবগী মশেক্লা ফূদোংবদু বীনোনা হন্না হন্না য়েংনীংবগুম তৌরম্মী।

- মখাদা চান থক্লবা লাঙনখ্রে তামো। ঐখোয়সু কূমথরসি।'

বীনোনা মলয়াবু ইকাইবগী লাংদগী অমুক কল্লম্মী।

- ফরে কুম্মসি।

চাক চাবা লোইনরদুনা কেন্টরদু য়ারল পাত্তা অমুক থৌখ্রে।





# ৩

অহীং ঈচিক হুল্লক্লে।

অতিয়ানা মহাক্কী শমজিদা থৱানমিচাক্কী শমজিরৈ চরোংনা লৈতেংলক্লে। থৱায় পানবা পূম্ববু মহাক্কী অচৌকপা মতম্পাক্তা শুম্বীখ্রে অদুবু য়োইহেনববুদি শুম্বা ঙম্লমদে। মোমোন নোকপী মলয়াগী মাইথোঙনা নীংশিংবগী ফীজং মরুমদগী মূনা মূনা য়েংলকপনা মহাকপু লমহেনবা ওইহল্লম্মী। তূম্বা য়াদ্রদুনা ভেবন্দাদা কোইচৎ চত্তুনা চৈনাদু খাঙলম্মী। ঙরাং গন্নাদা পোমহৌবা গুলাবতু ঙসিদি লৈকা হাইদোক্লম্লে হয়েংদি ফূগাইনা শাৎলনি। মহাক্কী থম্মোয়দসু পোমশাৎনরক্লে লৈবাং অমা। ঈংলবী লৈনম্না মাইকৈ শলাই খঙদা শন্দোকপা হৌরক্লে।

নুমিদাংৱাইরম্লি। মলয়া মখোয়গী য়ূমগী মনীংদা লৈবা পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা লাক্লি। মখূত্তা পায়রকপা স্নাবুলদু ঈশিংদা থল্লগা থোংগ্রাদা তপ্না ফমথরক্লে। মহাক্কী থম্মোয় তোর্ব্বান্দা ফোঙদোকফম খঙদবা ঈথক অমনা ঙা থেংদুনা শান্নরম্মী। মহাক্কী মীৎয়েং খূদিং কাইনা চীংগোলদা থেংনখিবা লম্লানবা অদুগী শক্তম্না পীক থল্লম্মী। মহাক্কী খোঞ্জেল অর্মাদ মীৎয়েংনা পূক্লীং লৈয়োনবু ফৃগাইনা শাৎকাইহল্লম্মী। নুংশিবা, নহাকসে কয়াদা ময়াই কনখ্রবা ! নঙগী ঈংলবা নঙালনা মম্লবা মীওইবগী পুন্সি লম্বীদা থাবলগুম্না শন্দোক্লি। নহাক্কী চৈথেংনা মথোৎ কারকপশিংগী পুন্সিবু লম্মাংনহল্লি। নহাক্কী চৈনাসে খাঙবদা কয়াদা ৱারিবা অদুগা কয়াদসু পুন্সিবু ময়েক শেংহল্লিবা !

খঙহৌদনা মলয়াগী মনমগন্দা লৈতূম মচা অমনা শাফূ তপ্না পাল্লম্মী। খংপ্রেক খংনা মমায় লৈথোবকপদা বীনোনা থৱায় তানা নোক্লম্বদু উরম্মী। মলযাসু নোক্লম্মী। মহাক্কী পূক্লীংগী অশোনবা অদূ বীনোনা ফাখিদনবা হোৎনরম্মী।

- মী লাকই হাযবা শমিন ফাওবা খঙদবমখৈ অচীকপা পৃখ্রিসিদা কনাগী ৱাখল থল্লীবনো ?
- কনাগী ৱাখলবু থল্লুনেগে নঙসিমা নবুক ফৎখিদ্রে।
- ঐবুদি পুক ফত্তবীসূ ওইজরগে অদুবু নমাঙদা অমুক্তা য়েংউ স্নাবুলদো ঈয়াই য়ৌখ্রে করম্না লৌখৎকনি ?

হৌজিক্তদা মলযা য়াতোন ইবং লংনা নোক্লক্লে। মীনোক অদূ কয়াদা ফজখ্রবা! লূরবী মীৎস্নাগী ঈপাক্তা লংলবা য়াগী চাং মান্নববা পরেংনা কুন্দো পরেংগী মমি তাবগুম্মী। -' মীনোকসিদি তশেংনা অতাঙবনি। ৱামোংগুম্বা মীশক অমনা ঙাওজবমক মতীক চায়।' বীনোনা থল্লম্মী।

- নঙগী মীনোক্তুদা লম্মুক্লখ্রবা কনাগুম্বা অমা ঙসি ঐগী নাক্তা লাক্লম্মী।
- লম্মুক্লবীনবকা অমত্তা লৈজদেদা।
-লোৎলবসু কান্নররোই ইবেম্মা পূক্লীংগী মমিদি মাইথোঙদা তারে।
-'ব্রা অমা হায়বীগে। নমাঙদগী স্নাবুলদু খুন্নবা হোৎনখোসে।' শম্বলদগী ব্রাচেৎ মতেক অমা শৎলগা মলয়াদা পী। মলয়ানা স্নাবুলদু খূল্লগা ঈশিং শোক্কৎলম্মী।
- ঙসি তামো লাকলম্মী। নঙগী মবমদা য়াম্না হংলম্মী। তামো য়োইহেন য়াম্না ফবা মীনি মপা মমাগী মথন্ত পোকচবা মচানি। তামোগী ববা ইঃইঃনি থাক ব্রাংবা ইমুংনি। অদুবু তামোগী পুকচেলদি ওহ্নোক্লা চম্মী। নহাক্কা য়াম্না চান্নগনি হায়না খল্লী।
- 'থীক নেম্বনা থা লাম্বা তাগনি। ঐগী ইমুংগী ফীভম ঐগী লাইবক নঙনা হেন্না খঙলি নত্রা ? মসিগী ব্রাসি তোকসিদা।' মলয়ানা শকফম হঞ্জিন্দুনা হায়রম্মী।
- নুংশিবদবু থাক্কী ব্রা লৈব্রা ? তামোদি নঙগী ব্রাখলনা অঙাওবগুম্লে। নহাক মী হাৎপা ঙমগদ্রা ?
- নহাক্কী ব্রাফমসে ইরাই লাইবদি নত্তে। ঐগীসু খন্নবা মতম খরদি পীয়ু।
- তামো হংচিৎ গোব্রাদা চৎখ্রগনি।
- গোব্রাদদি করিগী ?
- পেন্টিংগী রিসর্স তৌগনি হায়। তামোগী ববানা লনাই ওইনা থাদৌরিমাল্লে।
- চহী কয়ামুক ওইগদগে ?

- চহী অমবোম ওইবা য়াই হায়। মানা চৎত্রিঙৈদা নঙগা অমুক্তং উন্ননীংবগী মতৌ ঊৎলম্মী।
- হুম ইকাইজৈদা উন্নবা ঙম্লোই।
- তামোদা করি হায়না খুমখো হায়রিনো ?
- নঙনা থোকপা খুমখ্রো। মতুংদা মতম অসুক য়াম্না লৈরিসিদি।
- মঙাওথীনা হৌরকপা নুংশিগী ঈচেলদি ইকাইবগী পন্না থিংবা ঙমদে হাযনৈ অদুবু নঙগী নফমদদি মসিমক তাইযোন্নবগুম্লে।

মলয়া হন্দক্তি করিসু খুম্লকখিদ্রে। লূরবী মীৎম্না অনীদদি নীংঙমদবগী মমি তারি। মদু বীনোনা লায়না খঙবা ঙম্লম্মী। শংবান্নবা অতিয়াদা থাজনা ফুগাইনা লৈশাৎ তম্না মালেম্না কযাদা চবাওর্জাববা ! থব্রায় পানবশিংবু কয়াদা লাংতক্লহনবা ! অদুবু থাজ মাদি করিসু নাচুংদবগুম চীক্লা লৈশাৎ তম্লি তাংলৌ লৈনা থেঙবদা। য়াওদে মহাক্কী থম্মোয়দা নাপল, অদুনবু মাগী মগুন তাইবঙনা শক্ল শোন্নবনি। ব্রাফম অসি বীনোনা খন্থদবা ঙম্লমদে। মলয়াগী চম্লবী থম্মোয়বু থাগত্তবা ঙম্লমদে।

নুংথিল অমনি। মলয়া মাংগোলদা কোন সারি। মবোক্লা ফি সেগায়ব ফোংলি।

ইমোবা থোংগালদগী চঙলকই, মলয়াগী মবোক্লা উবদুনা কৌশিল্লম্মী। ইমোবা মাংগোলদা মোরা অমদা ফম্লম্মী।

- 'নঙদি সিদকা ইবাক লাক্রুবদি কৈদৌরে ?' মলয়াগী মবোক্লা হংলকই।

- থবক খর চিন্দুনা তৌবনি ইবোক।

-ফৈ ফৈ মরম ওক্কদবনি। নপানা ঙাওশিন্নরল্লবসু নখোয় চাউরক্লবনিনা মথন্তা ইকাইজরক্লনি। নহাক্লা গারী শেন্বা য়াওরি হায়বা কারখানাদু কদাইদনো ?

- কৈশাম্পাত্তনি।

- ভারাদা অদুম লৈরিব্রা ?

- হোয়।

- 'ভারাদা অরেন্বদা পৈশা চংলল্লনিদো।' মবোক্লা মলয়াদা ইমোববু শক তাক্লকই- ''মহাকসিদা অনী অহুম্লক লাকলম্মবনি নঙগা থেংনদদনা খঙদবনি। ব্রাবগাইদা লৈবা নঙগী মাম্মা নোবোগী মচানি। ইচেদু ফবনিদা ইমা তিন্নদবা ওইরবসু মানা ঐবু হেক পোকমিন্নবা মনাওগুম নুংশিনা তৌবীবনি। মচা ফত্তবনিনা লাইমন ওইদুনা ঙস্তা লৈখিদ্রেদো'' হনুবীদুনা শোল্লকই।

- নচীন ননাওদি কয়া শুরে ?

- মঙা শুরে ইবোক।

- নমাদু ব্রাজরক্লবনি ইবুংঙো নুংঙাইহল্লু। নঙদি চহী কয়া শুরে ?

- কুন্নিথোই শুরে ইবোক।

- ''নচেনা চহী অনীদি হল্লে মানা কুনমরি শুরবনি'' মলয়াদা য়েংদুনা হায়।

- সিদগীদি ইবোক্কী নাক্তা লৈরো ভারা তিংদনবা। চাকশঙগা তাইনবা কা অসি হাঙলি। মশেম হোংজিল্লকউ। নুমিৎসু ফৈ নিপান্নি পানবনি। করি হায়বগে ?

- "শোয়দনা হোংজিঞ্জরকঅগে ইবোক।"
ইমোবনা হ্রাওনা হায়রকই

নুমিদাং পৃং তরেৎ তারে। ফক্লাং ঘরীনা কংশি খীংলকই। মতমদু নিংথমথানি। মলয়াগী মবোক্কা ফুংগাদা ঈশিং লুমখৎলি। মন্দোমচানা চাকখুমদা চাক থোংগৎলি। মলয়ানা মাগী কাদা মন্দোমচাগী মচা অনী মিনাগা তোম্বগা লাইরিক তাকপিরি। ইমোবসু ফুংগাদা মৈ তীক্লি মবোক্কা ৱারী শান্নরি।

- নচেগী মরাইবকসে থীগ্রবা জাৎনি ইবুংঙো। মশাসু কয়া ফত্তে। থবক মচাসিমা মানা তৌজরমদ্রবদি ইমুংসিসু মশাসু ফীভম তারোই। নন্দোমচাসিসু মরায়বক থীদুনা মপূরোইবা লৈখিদ্রে। মচাশিংসি নচেগী মখূত্তা তারবনি। অঙাং ওইনা ইশুসে যূম পুরবনি।
- ইচেগী ইমা ববাদি?
- "মপাসু নুপী অমা থিদুনা লৈস্ত্রে। মচা লৈ হায়বা ফাও কাউস্ত্রে। মমাসু অতোপ্পা অমদা ঐখোয়না থাজস্ত্রে।" হনুবীদু হিদাক শেমদুনা থক্ই।
- মানা পিশক পীক্লিভেন্দগী হৌনা ঐগা থানরকখিদে ঐখোয় অনীমক থাদোক্রবা ভম্লদনা লাকখি। চহি অহুম শুরকপদা মমাগী মতুং ইন্দুনা চৎখি- ঐভ্রেন্দা হায়ফম খঙদবমখৈ চীকপা অমা ফাওখি। মতম খর লৈরগা মপানা নোংমা পুরক্তুনা ঐগী নাক্তা লাকখি। মাগী হ্রাওজবা ভমখৈ লৈখিদে ঐহাকসুনি।

চাক্লিবা মৈদা মুন্না য়েংই - হীদাকপু চিংবা লেপ্পী। হৌখিবা পুন্সিগী তাংককঅমনা অহল ওইরবী মাগী থম্মোয়বু তনীকহল্লি। মরাইবক

থীরবী মশূগী নৌরবী মাইথোঙবু অকাওবগী অমুবা ফীজং হাইদোক্তুনা য়েংজরি। কয়াদা নৌখ্রবা! নুংশিখ্রবা! অদুবু কয়াদা থম্মোয় শোকখ্রবা! উনখাকনংলবী অপোম্বী অসিবু মহাক্কী চহীনা নল্লবী মনমগন্না লৈনা ওইদুনা কয়াদা ব্রানা উনখাক্তুদগী কন্নবা হোৎনজখিবা! নৌহৌননা মীৎলুদা পিরাংনা শীল্লকই।

- ‘‘নচেগী চহী নিপানমুক শুরম্লগনি মতমদু।’’ মবোক্না ব্রারী হৌরকই- ‘‘ মানা ইনাক হেক য়ৌরকপদা ঐগী নমগন্দা চেৎনা কোল্লে। মমায়দুনা ঐগী খজাইদা তক্লদুনা নাউথী শারে- ইবোক, নঙদি লাক্কনি হায়রগা শুক্লাকসু লাক্তবা?’’
- ঐনা লাক্কে তৌরিঙৈদা নঙনা লাকপনা হাল্লেদনা।
- নুমিৎ খুদিংগীনে চীং কাখৎলগা পল্লিরোমদা নঙ লাকপরা য়েংইদো ঐদি। হনুবী অমা হেক লাকপদা নঙ ওইরবোই হেক্তা নীংবা।
- নঙ্ভু ঐ নুংশিব্রনে?
- নুংশিদদি, ইমাদগীসু নঙ্গা লোইনা হেল্লি। ইবোক ঐ নঙগা লৈরগেনা? ববাদা অঙাংসি খর লৈজহৌখিসনু হায়যু।
- ইবোক্তি লায়রবীনে। ঐগী নাক্তা লৈরবদি চানিংবসু চাবা ফংলোই। নমাগী মনাক্তা লৈরবদি চানীংবতা চাবা ফংগনি শেৎনীংবসু শেৎপা ফংগনি।
- অদু ওইববসু ঐ তল্লিকো ইবোক। ঐনা চাদনবু কয়াম চানেগে। অয়ুকসু চাক খজিক্তং চাগনি নুংদাংসু তূমখ্রগা চাক লাম্বা মরাই কাউজখিনি। নঙগা লৈসেবা কো।

অদুগা ঐবু হেন্না চেৎনা কোনশিল্লকখি। মীৎকুপ অদুদগী ঐনা মাবু থাদোক্লরোই হায়না খনখি। নুমিত্তুদগী মহাক ঐগী নাক্তা লৈখি। অয়ুক খূদিং ঐনা নূংতেং-কোত্তা চৌব্রী ওৎলি। থুম, ঙমুলৈরৌ ময়াংলেন চৌব্রী ওৎপদা হাপ্লী। মদু মহাক্না পাম্না চাজবা চীঞ্জাক্নি। মহাক্না কাংখল মনূংদগী ঐনা তৌরিবদু লোন্না লোন্না য়েংলকই অদুগা হেক্তা হংলকই

- ইবোক ঐগী চাক লোইরব্রা?
- লোইরে লোইরে চাররো।

কনাগী করি য়েংদনা ফম্মুংদগী ফন চোংথরক্কুনা চরা ব্রাল্লে। মহাক্কী মতৌবু য়েংলগা ঐনা কয়াদা নুংঙাইখিবা! ঐনা মাগী মমানি মপানি পূম্নমক্নি। মহাক্না উরিবসু ঐবুতনি। কনানসু মহাকপু লাকচবা য়ানীংখিদে। শন চাজেনবীগুম ইশুগী হাকন্নবদা মীগা খৎনবসু কোঙগাইনি। নোংমা মহাক কপ্তুনা চঙলকখি।

- কৈদৌরে, কনানা ফূরক্লে?
- ঐবু মখোয়না মমা মপানা নুংশিবীদবা মচানি হায়।

ব্রাহৈ অসিমক ঐঙোন্দদি তানা থিনবনি।

- মীফত্ত কনানো হায়রিদো? ঐ লৈরিসি মখোয় উদে হায়ব্রা?
- সোবিখোয়গী মমানা মখোয়গী পাখোন চৎলু য়াদে হায়দুনা চৈরকইনিনে।
- শক্তা থী মাগী মথৌ করি লৈ হায়গে? মখজাইদুদা খূপাক্না থাগে খঙনি।

খ্বাঙচেৎ লাকশিনদুনা থোক্লুই, চীন পেনবমখৈ মাবু চৈরুই। খল্লুরগা হাইফেৎ নোক্লীংবগী মমি তারকই- মহাক্কী খুইরবী

মাইথোংদা। ইমোবনা ৱারীদুবু থৱায় চঙনা তারি। অপীকপা অঙাংগী মফমদা ওইবা থারৈবাক্কী থাবলগী অওকপা ৱারীনি মহাক্কী মফমদদি। অদুগা মলয়ানা থাবল্লক্তা হাইনা হুম্না শাৎচবী লৈরাংগুম উরকই মাগী পূক্লীংগী মীৎয়েংদা। "কয়াদা লাইবক ফখ্রবা! অদুগা ঐগী পুন্সিনা মসিগা কয়াদা ওন্ন তৈনখ্রবা!" মীৎকুপ অমত্তং চাং তম্নদুনা য়েংলকই মহাক অমদি মলয়াগী পুন্সি অনীবু।

নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। মলয়া মার্কেটিং তৌরুবদগী ময়ূমদা হল্লকই।

- ইবোক, ঐ লাকএ।

মাংগোলদা পোৎ থাই। মবোক্কা ইমোবগা থোরকই।

- ঙসিদি তলব ফংলকই। ইবোক্কা চানীংই হায়না শোনবদুদা খাবক অনী লৈরকপনি। তান চানা থেংনরুরে। ইমোবা নঙ ঙাসি শেমদোক্লুরো।

ঙা খন্দোক্তুনা ইমোবদা পী। ইমোবা ঙা পুদুনা থোকখি।

- ইন্দোমচাদি ইবোক?

- চাক থোংনবা তৌরি।

মন্দোমচাগী মচা অনীদু লমজেন তান্নরকই- মচেগী মরেংবান নাম্ম নাম্ম পায়রৈ।

- ঐগী খোঙগ্রাউ লৈরকপ্রা?

- ঐগী ফূরিৎ লৈরকপ্রা?

- লৈরকই লৈরকই। নখোয়না হায়রিবমখৈ য়াগনি। নখোয়সু ঐনা হায়বা ইনবা তাই। লাইরিক কন্না কন্না পাগদবনিকো। ঙসিদি ঙাসু থোংগনি

অঙাং অনীদু মফি শেৎচিন্নে হরাওদুনা চোংই। মলয়ানা মখোয়গী মতৌদু য়েংলগা পেঞ্জে।

- "ঙা থোংবদি নঙগীনা তেংকোৎ মচা ঐগীনা অচৌবা।" তোম্বনা মচেদা হায়।

- মে, ঐনা নঙোন্দগী চাউবা হেল্লিসিদি। নঙগীনা মচা ঐগীনা অচৌবা।

- খৎননু নখোয় অনীমক চপ মান্ননা য়াম্না পীজগনি। মলয়ানা থেমজিল্লি। অঙাং অনীদু মমীৎ পৈনা য়েংনৈ। কুম্মৈদু য়েংবা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। মখোয়গী মতৌদু য়েংলগা মলয়াগী অৱাবা কোঙগাই কাউজরি। ইমোবসু ইমুং অসিগী অৱা নুংঙাইদা শরূক য়ারকপা থা অনী ফারক্লে।





# ৪

নুমিদাংনি।

লুপা মহীগী ঈথক হৌরবা থাবলনা মালেমবু চামথোক্লি। অহীংগী লৈরাংশিংনা হাইনা হুম্না শান্নরি মালংগী সহুমদা। অচীকপা অহীং অসিনা তূমদুনা লৈজবা মলয়াগী থম্মোয়বু হৌদোক্পীরে। কাইনা চীংগোলদা থেংনখিবা পুন্সিগী অঙনবা মথোৎ কারকপগী অয়ুক্তা মহাক্কী মোং হাদবী থম্মোয় ঈপাক্তা হকচিন্না মমি তাখ্রবা শক্তম অদুনা মহাকপু লক্লররি। ‘‘কুইরে উখিদবা শক্তমদো নোংথাং কুপ্পগুম মীৎকুপ খরদং ঙাল্লম্লগা কেকু লোৎখ্রে। পুন্সি চুপ্পগী ওইনা লোৎখ্রগদ্রা? পূক্লিংদা ফাওরিবা ইহুলশিংসি লোৎশিন্দুনা থম্মোয়

কনবী শাখিবা, মদুদা মহাক্না তশেংনা ন্নারৌখ্রবরা? ঐবু খঙবীখিদ্রবরা?" মওল মওল খল্লকই।

- ইচে।

ইমোবগী খোঞ্জেলসিনা মাবু মঙফাওনহল্লি।

- হুম ।

- ইবোকখোয় তূমখ্রবরা?

- তূমদ্রি।

মলয়াগী মনাক্তা ইমোবা ফমথরকই।

- চাক চাদ্রিবরা?

- চাদ্রি, নঙ ঙাইরিবনি। করিগীনো অসুক থেঙলিবদি?

- ইমান্নবা অমা থেংনদুনা থবক অমা চৎমিন্নরুরে।

- হুম, নঙ য়ু থক্লুরমাল্লে।

ইমোববু মুন্না য়েংই। ইমোবা পাউখুম অমত্তসু পীরক্তে। তুমিন্না অদুম্মক লৈরি।

- করিগীনো অদুম তৌরিবা? মতুংদদি অমুক হন্না থকপা য়াদেকো।

অকনবা চৈরাক্কী খোঞ্জেলনি। মহাক্কী পুন্সিদা অসুম্না হায়বীনবা কনাসু লৈরক্তে। ইমোবগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোল্লুম্মী।

- ঐগীদি অচৌবা ইপ্পা অমা লৈরে খন্দুনা নুংঙাইজরিবনি। নংগী অফ-ফত্তগী দাই ঐগীসু শরূক য়াওরবনি কাউগনু।

- ইচেগা নক্লজবসে ঐগী লাইবক ফবনি। ঐহাক য়াম্না শাথীবা মীনি। ঐনা চৎলিবা লম্বীসে ঐসু খঙ্ই অদুবু পেন্দবা অসিমদি খক মৃৎখিবা লৈতে। ইচে, ন্নারী অমা তাগেরা?

- তাগে লীয়ু।

-“ পীক্লিকৈডেদগী হৌনা ইপাগী মিনুংশি ফংলক্তে। মাগী মফমদা কেজবা, নাউথী শাজবা ফংলক্তে। মহাক য়াম্না তমথীবা মথোঙ হুক্তবা মীওইনি। ঐগী চহী তরামুক শুরল্লনি মতমদু। ইমানা ইমুংদা লাং শারি ঐনা লাইরিক ঔরাইরি। নুমিদাংনি পোদোল অমত্তংনী ঐখোয় অনীনা শীজিন্নখিবদু। ফদি ফরাগী ফম্মূংদা অঙাং অপীকপা অনী চনন্নবা তূল্লি। নুমিদাংগী পূং নিপান মাপনগুম্বা তারল্লনি। মপান্দগী ববানা লৈয়েং ফাইনা লাউরকই। ইমানা তফিং তফিং থোঙ হাংদোক্লম্মী। মহাক হাইরং তুরং থোঙজীন কানশিল্লকখি। ঐনা কলম মুক হানবদা শোয়দুনা বোরাদা খরা হৈদোকপদু মহাক্লা উখি।

- হে, মুকপু অদুম্না হানব্রা বুদু? অমুক মুক হানবদা অদুমনা হৈদোক্লবদি নমাগী মৰা মরুম্বীশিংদুনা পীবিরক্কদ্রা? খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা শাউনীংবগী ৰামৈ চাকখৎলকখি। মাবু মীৎ খানা য়েংলুই।

- হে করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা অদুম্না য়েংইদি? নঙনা উশিত্তবা য়াবা মীরা ঐসে?

হোৎচিল্লক্তুনা ঐবু মথোঙনা কাওরক্লম্মী। ঐহাক তুরম্মী। ইমানা চেনশিল্লক্তুনা ঐবু কোনখৎপীরম্মী। শাউনিংবনা ইশা নীক্লম্মী। কপ্পীংবসু পোক্লমদে। মহাক্কী অসিগুম্বা লীচৎ অসি ঐঙোন্দা অনৌবা নৎলমদে।

- ঐনা নঙোন্দা কৈদৌরে?

- ই ইস, মসি যাম্না ফাওরেনে পেতৰা মানসু।

ঐঙোন্দা খুৎতুম্না অমুক্কসু শুগে তৌরম্মী। ইমানা মখূৎ ফাদুনা মাবু খাল্লম্মী। অদুদগী ববানা ইমাবু মশম ফোয়দুনা থোঙজিন তান্না চিংলম্মী। মচা ব্বারক্তে হায়না ইমাদা তাইনবীরম্মী। নুমিত্তু ঐহাক খাঙ্বা ঙম্লমদে। শাউবনা মীৎ অনীমক মমশিল্লম্মী। ফুংগাদগী শীংগাইবাক অমা লৌদুনা ববাগী মকোক্তা থারম্মী। অদুদতা মহাক্না ইমাগী মশম থাদোকখি। মকোক্তা মখূৎনা পায়শিন্দুনা ফমথখি। কিবগা শাউনীংবগা পাখিদুনা ঐগী হকচাং কন্না নীক্লকখি। মহাক্না ঐবু লেম্না থাররোই হায়বা খঙলম্মী। অদুনা মপানদা ঐহাক চেঙ্খোক্লম্মী। মতমদু নিংথম থানি থাসু থোক্লমদে। ঐহাক অমম্বদা চক্র ইকু মরুমদা লোৎলম্মী। ববানা ঐবু থিবা ফংদ্রবদা শাউনা ইমুংদা চঙখিরম্মী। চাকখুম্মাংদা কোল্লীক লংখায়বগী মখোল তারম্মী। ইমাবু মীওৎ থীনা ওৎপীরম্লনি। কৈসু লৈতবা মরম অমগীসু ইমাবু থোঙলোনজৈনা হেক হেক কনবীবনি। ‘মহাকসিবু মীনিকো মপা অমনিকো’। খঙহৌদনা ঐহাক কপ্লম্মী। মতমদুদা ইমানা তপ্না থোঙ হাংদোক্তুনা ঐবু কৌরকই। ঐহাক কপমন্দুনা খুম্বা ফাওবা ঙম্লমদে। ইমুংদগী অঙাং অমা শিথ শিথ কপ্লকই মহাক থুনা ইমুংদা চঙখিরম্মী। অহীং কয়া ইমানা মপুম থীৎনা কপখি। নুমিৎতুসু শোয়দনা কপ্লমগনি। অসিগুম্বা থৌদোকসি ইমাদতা নৎলমদে মফমদুদা লৈরিবা নুপী অয়াম্বগী মফমদসু অসুম্না থোকপা য়াওরম্মী। নুপানা নুপীবু ওৎপা হায়বসে ফেসন অমগুম তৌনরম্মী নুপীশিংনা মদু খাঙলম্মী। মখোয়না অসুক শোল্লিবা করিগীনো চৎনবীরা নত্রগা খাঙবা কল্লিবা হায়বদুরা ঐ খঙ্বা ঙমদে ইচে। অহীংদু অসুককী মতিক ঈংলম্মী ঐহাক খূদক্তা চিংশিনদুনা শিরগনি হায়না খল্লম্মী। ইশাদা থোঙগ্রাউ

অমগা ফূরিৎ অপাবা সেসু সেগায়রবা অমগতমক পক্লম্মী। মায়দা লীক্লা তারকপদুনা অমুক্কা হেন্না ঈংলম্মী। ইশা পূম্বা থক থক নীকলম্মী। খাঙবা ঙমদ্রদুনা চরু মপুন অমা থোক্লগা থারম্মী। য়েন্নখাদা তুমিন, চঙলগা বোরা অমনবা লৌরম্মী। মদুনা ইথক্তা সুপ্লম্মী। চরু মপুন অমনা ইথক্তা বোরা মথক্তা সুপকৎলম্মী। ফূরিৎ লৌথোক্নুনা কোক খুমজিল্লম্মী। ঈংবা খর ফরম্মী। মমৈথঙদা ঐহাক তূমথখিরম্মী।

নুমিৎসিগী মথংগী নুমিদাংনি। ইমানা অঙাং অমা পোরগা চাক থোংলম্মী। মমায় মমিৎসু কপমন্দুনা পোম্লম্মী। ঐনা লোন্না মনীংথোঙদগী কৌই। মহাক থোরক্লম্মী। ঐবু চেৎনা কোনশিনবীরগা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী। খূদক্তা ঐগী অৱাবা নুংঙাইতবা পূম্নমক মাঙখিরম্মী।

- চাক লোইরব্রা? চাক য়াম্না লাম্মে ইমা।
- লোইরে চাররো।
- সিদা সুম চারগে পুথোরকও।
- ইমুংদা চাও।
- ববানা ফূগনি।
- নপা হঞ্জিল্লক্ত্রি।

ঐহাক ইমুংদা চঙলম্মী। চাক চারম্মী।

- অহীং কদায়দা তূম্মী?

ইমানা হংলকই।

- চরু ইকু মরক্তা।

ইমাগী মাইথোংদা মৈরী ফনা চাকখৎলকপা মৈচাক্কী মমি তারম্মী।

- ঙসাইদি বোবোখোয়দা চাক চায় পুক থন্দে।

মপান্দগী ববানা ইমাবু কৌরকই।

- ''ববা লাকএ'' ঐহাক ফুক হৌগৎলম্মী। ইমানা ঐগী খূদাং ফারম্মী।

- কদায় চৎতোইনো? চৎখিনু।

- মমাঙগী চক্ক ইকু মরকসিদা।

ইমাগী মখূৎ কনথৎলল্লগা ঐহাক অমম্বদা হৌদুনা চেহ্বোরক্লম্মী। ববাবু কিবদগী ফন কুইনা য়ূমদা হঞ্জিল্লমদে। অমগী শংগোন্দা খর লেক অমগী য়েন্নখাদা খর তূম তৌদুনা মতম ফনা হৌজিনখিরম্মী। য়ূমথংনবা ইমুংগী অহলদুনা খঙলক্তুনা ঐবু ফারগা য়ূমদা থিল্লকখি। ববাদসু ঙাঙলম্মী মচা চেকশিন্না য়োক্তে হায়দুনা। নুমিত্তুমদি ববানা ঐবু ফূ চৈবা কৈসু তৌরমদে।

ক্লাস ফোরগী পরিক্ষা লোইখিবা থা মরি ফারক্লে। নোংমা ঐহাক মখা থংবগী ইমূংদগী শঙ্খী পোল্লাং অমা কোক্তা থোনগত্তুনা য়ূমদা লাক্লম্মী। ইমানা শূমাং মতোন্দা কোবী মখোঙ য়াল্লম্মী। ববানা মাগী খূৎফা খরগা মাংগোলদা পার্টি তৌরম্মী। ঐনা থোঙগাল হেক কানশিল্লকপদা ঐখোয়গী স্কুলগী ওজা হেদ মাষ্টরদু শাউনা ঙাঙ-ঙাঙদুনা য়ূমদগী থোরকপা থেংনরম্মী। ববাবু না মমান্নবশিংদুনা খাল্লম্মী। খৎন-চৈনবা খরদি থোকখ্রে হায়বা ঐহাক খঙলম্মী। ওজানা ঐগী ইনাক য়ৌরক্লবদা নুংশিনা ঐগী কোক্তা নানবীরম্মী। ওজানা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবীবনি। ঐগী অব্রাৎপা লাইরিক ফাওবা লৈবীখিবনি। ইমানা তমদুনা ব্রাফম খূদিংমক খঙলম্মী। ঐখোয়গী পরিক্ষা হায়দোক্লে ঐনা ইমানবশিংগী

মকোক্তা লাক্লে। ওজানা ঐবু স্কুল কাহল্লকও হায়বা লাকপনি। লাইরিক তম্বা হৌবা থা অনী ফাখ্রবনি। মতম পূম্নমক্তা ববানা ইমা অমদি ওজাদা অরানবা মীৎয়েং য়েংদুনা লাকখি। ঐবু লুনা তৌবীবগীরা ঐগী লাইরিক লৈবীবগীরা খঙদে ইচে। ঐগী থম্মোয়দা পরিক্ষা পাস তৌরে হায়বগী হরাওবগী ঈথক্লা মকা লাম্বা ঙমখিদে। মহাক্কী অরানবা মীৎয়েংদুনা মরম ওইদুনা ঐবু স্কুল চৎহল্লমদে। মপা অমনা মচা অমগী মফমদা অসুক তমথীবা লমচৎ চৎপা ঐনা কদায়দসু থেংনররোই। মহাকপু তুক্কচবগী মমি ঐগী নৌরিবা থম্মোয়দা তাখি। থা মঙা তরুক হৌজিনখিরম্মী। ঐহাক্তি লাইরিক তমদবা অঙাং অমা ওইনা লেল্লম্মী। ববানা ঐবু গাড়ী ষনগুম নৌরিবা ঐগী চহীগা চান্নদনা থবকশূহল্লম্মী। নোংমা লম্বীদা ঐনা সম্থী পোল্লাং কোক্তা থোনগত্তুনা লাকপদা ইমান্নবশিংনা মফি নান্না শেত্তুনা লাইরিক খাউ য়ানদুনা স্কুল কারকপ্সদু উরম্মী। মখোয়গী পুন্সিদুবু ঐনা কল্লকচরম্মী।

- ইমোবা, নঙদি স্কুলদি কাগে হায়দ্রদনা সম্থী পেক্তুনা লৈরব্রা? ইস! সম্থী মনম্মা লোইরে।

ইমান্নবা অমনা মনাতোন মেন্দুনা ইনাক্তগী থোকখি।

- মাগী ফূরিৎসি ফজদ্রা য়েংউ। ইমোবা নঙগী ফূবিৎসি ঐহাক য়াম্না পাম্লে ঐগীসিগা ওন্নরসিরা?

ইমান্নবা অমনা ঐগী ফূরিৎ শেগায়বা মফম অমদা খুদোম্বী থিংজিনদুনা ওৎলম্মী। মদুদা ইমান্নবা অতৈদু হৌদুনা নোক্লম্মী। ঐহাক্তি ব্রা ঙাঙবা ঙম্লমদে। শাউবনা মী উরমদে কোক্তগী সম্থী পোল্লাংদু মাগী মকোক্তা হৈজিল্লম্মী। মমায় মমীৎ সম্থী ইতৈ তৈরম্মী। ইমান্নবা অতৈদু হৌদুনা অমুক নোক্লম্মী। অদুদগী ঐখোয়

অনী কন্না ফূনরম্মী। ঐনা মাবু নমশিন্দুনা থীনা ফূদৎলম্মী। মনাতোন্দগী নাহী তারম্মী। পাউদু তাদুনা ইমা চেললক্লম্মী। ঐহাক্পু চিংথোক্লম্মী। ঐনা খূৎ থাদোক্ত্রবদা ইমানা ঐবু ফূরম্মী। নমদুনা চিংথোক্লগা য়ুম তান্না পুরক্লম্মী। মহাক্তি কপ্পুনা লৈহৌরম্মী। নুমিত্তুদা ঐগী থম্মোয়দা তাখিবা চৈনাদুদি ইমানা ঐবু ফূবদগী হেন্না নাখি। অসুম্না মতম হৌখি। চহী তরাহুমদোইমুক সুরকপা মতমদা নোংমা লংফৈ চৎপা কাঞ্জু অমগী গাড়ী মনীংদা তুমিন্না নপ্পুনা মখোয়গী মতুং ইনখি। পুন্সিগী অকনবা লাম্বেংনবা হৌখি। চীং ককপা, উ ককপা য়াওখি। পাখং ফারকই, ওক্তবা মী খঙনরকই। নিশা অমদি ফত্তবা লমচৎ মখল সুনা হৈনরকই। ববাগা মপূং ফানা শীংনরকই। ঐনা লংফৈদগী অহানবা য়ূমদা হল্লকপা মতমদুনি য়ূমগী ফীভম হান্নদগী খরা ফগৎলম্লে। ফক্লাং ইসে সেগায়বা, য়ূমথক্তা চরোৎ হাপুনা কূপশিনবা য়ূমদুগী মহুত্তা তুম্লৌ মনানা শিল্লবা ফক্লাং শেমজিল্লবা য়ূম ওইনা লৈরম্লে। হান্নগী মসুপ মসুপ্পা মকূ ইহু হুদোকপা এলুমিনিয়মগী পূখম তেংকোৎশিংদুগী মহুত্তা ষ্টীলগী পূখম তেংকোৎ অমদি গ্লাসনা শিল্লম্লে। হিংনবগী লিলাদা ইমাসু য়ু য়োনবী অমগী শক্তম লৌরম্লে। অওৎ অনৈগী চৈফম কয়া মহাক্কী মাইথোঙদা তারি। লময়াই কাদা ববানা মমান্নবা খরগা কোয়না ফম্মীনরম্মী। মহাক্কী শকক্ষমসু চহীগী মমি তাবগী মথক্তা অমুক হেন্না শোকচিল্লম্লে। কুইরে ঐনা য়ূমদা লাক্তবসি। হিংলি হায়বগী পাউ সীখক্তনি ইমাদা ঐনা খঙহনখিবা। ময়াম কোয়শিল্লগা মরক্তুদা খাংদা শা থোংবা খর য়াওরি। খাবৈ অমা,প্লেট খর,গ্লাস খর , য়ু লীক্লি অনীসু লৈ। ববানা প্লেটশিংদুদা শা থোংবদু হাপ্পা হৌরি। ঐসু চঙশিন্দুনা

মখোয়গী মরক্তা ফম্বা য়াওরম্মী। ববানা য়ু লাল্লক্লম্মী। ঐনি খঙলবদা লকক তৌই। ঐহাকনা লাক্পগুম্না মখূত্তগী লৌরম্মী। গ্লাস মথং মথং হৈদুনা থকচিল্লম্মী। মী পূম্নমক্না ববা অমদি ঐবু য়েংনরম্মী। য়ু থকফমদগী ইমানা ঐবু উরক্লম্মী। চেঙ্গোরক্তুনা খুত্তগী লীক্লি মুল্লম্মী । ঐনা থাদোক্ত্রবদা খজাইদা খূৎপাক্লা পঙথাদা থাজিল্লক্লম্মী। ঐহাক য়ুগী নিশানা কোক ঙাওদুনা তুরম্মী। মঙওই হাওই ইমানা হীক্লা কপ্লদু তারম্মী। য়ূমদসু ঐগী ওক্তবগী লীচৎশিংদু নীংতম্না চত্থবা হৌরম্মী। ববা অমদি ইমানা ঐবু থিংবা ঙম্লমদে। গঞ্জা বোরা হৌদুনা চারম্মী থকপসু থক্লম্মী। কানিগী টেবল শেম্বসু হৈরম্মী। ঐগী খুলগী ওক্তবা পাখংশিংনা ঐবু থাগৎনরম্মী। অদুগুম্বা পুন্সিগী অহাঙ্বা সরক্তা খল্লক্তবদি নত্তে হিংবগী লুববা অঙ্ক। অসুম্ন ঙাক, লেনবদি কৈদৌঙৈদসু তুংকোইরোই। অদুনা ঐহাক য়ূম অমুক হন্না থাদোক্তুনা চাওখৎপগী অর্থ লান্না হন্নরবা মরূপ মপাংশিংবু থাদোক্তুনা ইম্ফালদা লাকখি। ঙসিনা ইচেগী নাক্তা তূংজবা ফংলি। খঙদে মসিগী মতূংদনা করি অমুক লাক্কনি।”

ব্রারীসি তারগা মলয়ানা নুংশা শ্বর শাংনা হোন্থরম্মী। মহাক্কী থম্মোয়দা ইপাম্বাগী তুরেলগুম মিনুংশিগী ঈচেলনা পানা চেল্লম্মী। লৈখোঙ শোম্বীদদুনা লেপকং কংলক্লবা লৈরাং চারা অমবু ঈশিং চাইথীদুনা অনৌবা য়েন্নীং হুলহন্নীংবগী ব্রাখলনা মাবু লৈতাহল্লমদে।

- নঙ ঐগুম্বা মীওই কয়া সমাজসিদা মশীং লাকঙমদনা লৈ। পূকচেল ফাবা ঙম্বা মীনা অচঙবা মী ওইবকঙ।

ঙমদবা মীনা সমাজদা লায়না শন্দোকপা মহীক ওইনা হিংই।
অদুনা ঊচি কল্লক্তুনা ইয়ূম মৈ থারবদি কন্নানা মাঙজবগে হায়বদু ঐখোয়না খনফম থোকই।

- "লায়না শন্দোকপা মহীক হায়বদু ঙসিদি ঐহাকসু ওইরবনি।" ইমোবনা নীংঙমদনা শোল্লকই।
- করিগী অদুক নীংবা কায়বগে? ঐগী খূৎসি পায়য়ু থাক্তুদগী তপ্পা তপ্পা কাখৎলকউ। নঙগীদমক ঐহাক লৈরিবসিদি।

ইমোবনা মচেবু মুন্না য়েংলকই। নুংশিবগা নীংঙমদবগগী ঈথিলনা মশা পূন্না লাকহৎলি। মমিৎতা পিনা থূক্ষৎলি। মচেনা মাবু অর্থ লৈনা যেংই। থাবল্লক্তা মলয়াগী মায়থোংদু লাইরেন্বীগুম্না নীংথিজৈ। ইমোবগী মফমদা মসিদি তোপ তোপ্পা পুন্সিগী মথেলনি।

অহীংদুসু মলয়া তুম্বা য়ারমদে। ইমোবগী পুন্সিগী লমায়শিংদু হঞ্জিল হঞ্জিল ফাক্কত্তুনা য়েংলম্মী। মহাক্না থাকসি য়ৌনা কুমথরকখিবসি তশেংনমক মহাক্কী মমা মপানা মতীকচাদবননি। মহাক্না লমদমসিদা লৈরিবা নুপীশিংগী মরায়বক অমদি মখোযগী পুন্সিগী মরমদসু খল্লকই। পাংগল্লবা শক্তি লৈববা নুপাশিংগী পান্বোমদগী নাহ্নোকপা ঙমদনা ঙসিসু মৈতৈ নুপীশিংনা লৈরি। মখোয়না মমীৎ হেক পাঙথোরকপদগী মশাবু কুরাক তীনগুম য়োমশীন্দুনা লৈরম্লিবা কুয়োম অদুগী কুয়োম নুংদা মখোয়গী পুন্সিগী মশক পূম্নমক লোৎশিন্দুনা থম্লি। কুযোম অসি করম্না মতমদা শেগায়দুনা মৈতৈ নুপীশিংগী মশাগী ওইব' শক্তম অদু ময়েক শেংনা তাইবংপান অসিদা উহনবা ঙমগনি? মথন্তা হংজবকই। নুপীশিংনা কৈদৌঙৈদসু

নুপী ওইবা তোকপা য়ারোই। মহৌশানা মখোয়দা মমা অমা ওইহল্লকই। থোৎ নৌরবা থম্মোয় অমগী হকচাং অমগী মপু ওইহল্লকই। পাংগলদনা নুপাশিংনা খরা হেলহল্লকই। মসিখক্তনি খেন্নবা, অতৈ করিদবু খেন্নবগে? অপাম নুংশি, হরাও তয়াম্বা, অৱাবা চৈনা, মীওইবা অমদা ফাওরিবা ঈথিল খূদিংমক নুপীগী মফমদসু ফাওরি মীওইবা অমা ওইরি অদুগা করিগীনো নুপাগী শিকারগী শা ওইদুনা নুপীশিংনা হিংলিবা? মসি ইমোবগী মমাখক্তদা থোকপা নত্রি। লৈবাকসিদা লৈরিবা নুপী অয়াম্বগী লাইবক্তা থোক্লিবনি। মখোয়গী পুন্সিগী শক্তম অহানবদা শক্তি লৈরবা নুপাশিংনা য়েকই অসিনি হায়না অদুগা মখোয়গী তাইবঙনা নুপী মশানা অমুক হন্না মিতম লাক্তুনা য়েকথোকচৈ- নুপীদি অসুম তৌগদবনি অসুম তৌরগা ফজগদবনি-ফিদম্নফম ওইগদবনি হায়না। পল্লোন্দুগী ৱাংমদা খিত্তং লাহোক্লুবদা অথীবা মিংদাশিং পীবীরি খুনাইসিনা। নীংশিংলকই মহাক্কী অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সি। মহাক্কী মমানা কয়া ৱাজখিবা! চীংদা কাদুনা শীং চনবা, পাত্তা কূ মদুনা ঈংলবা ৱাকচীংগী উনখালক্তা লোং খোনবা, কালেম্বাগী লবুক্তা হাপু মৈ থাবা, চেন চেন্দূনা ইমুংগী কুপনোম মরক্তা ফিশা লোনশা তৌখিবা। তূম্বা মতমদা তূম্বা ফংখিদবা, চাবা মতমদনা চকা চকু চজিক চনাই ময়াম পূম্নমক্কী অরেম্বা মরূ ময়াং। নারগনা কনানসু হন্না য়েংনিংখিদবা সেবা তৌবীনিংখিদবা, য়ূমগী মৌ অমগী শক্তম, মনেম মকু, মপুরোইবগী মীৎয়েং মখাদা মশাগী ৱারেপ অমত্তা লৌজবা ঙমহন্দনা অৱা নুংঙাই ফোঙদোক্লবা তাঞ্জা অমত্তসু পীদনা লেনখিবা পুন্সি খূৎলেন অদুদা অপেনবা ফংলমগদ্রনে? ফংলম্লোই সুকফং ফংলম্লোই। অদু ওইরবদি

লংদাইদুদগী অরান খুভম ফংনবগী ব্রাখলদি খল্লমগদ্রা? মদুসু থাজদে। মহাক ইচম চমজবীনি। লাইরিক লাইশু হৈজদবীনি। চৎনবী শম্বলনা কোয়শিনবীরবীনি। অসুম্না লেল্লিবা পুন্সি ফংলিবা মহাও অদুবু কথোকপগী ব্রাংলবা ফিদমনি হায়না পীবিরক্লবা মিংথোলদু খক্তংনা পঙথহল্লবীনি। মহাক্না অমদি মহাক্কুম্বী কয়ানা মীৎকুপ অমত্তসু খন্থরম্লদ্রা? কথোকপা অসিগী মমল নুপা ওইবশিংনা খঙবীরম্গদ্রা লমনগীদমক শ্বর হোল্লমগদ্রা? মল্লয়ানা লমদমসিদা লৈরিবা নুপাশিংগী মরমদসু খল্লকই। ইথোবগী মপাদি খুঙ্গংদা লৈজবা লাইরিক লাইশুগী মঙাল থোইনা কংজদবা মীনি। মাগুম্বা কয়াগী ব্রাইনা অমনি শৈইরদা লৈবা লাইরিক লাইশু মতীক চানা হৈরবা নুপাশিংদি কমদৌবগে? মখোয়না নাকল অমরোমদা খজিক্তং শাফরবসু মখোয়গী শাজত্তি অদুম্মক হোংদনা লৈ। মখোয়গা চপ মান্ননা হীরম খুদিংমক্তা থৌদুনা লৌরিবী নুপীশিংবু মখোয়দগী য়াম্না হন্থনা থক্তা থল্লবসু প্যাল্লিবমখে শান্নবা পাল্লক্লবা, লংথোকপদা চৈনা ফাওবা লাইথিবীগুম থল্লবসু লৈবাক চিরবা তাংফম কয়াদদি মরুম খুম্না থুনীবগী মহুত্তা নুপীশিংগী মফিজ য়ান্দুনা মখোয়গী ফনেক ফীথনুংদা মশা তাশীন্দুনা লৈবনা মখোয়গী হৈনবী ওইরে। ওল্লোকপনি! মতম অমদা মথক্তা শেন্দ্রাং ফাওবা পাইবা য়ারমদবা ইকোপ পাংকী কওরেল অঙাওরগুম মীনা লাকচবা য়াদবা মৈতৈ নুপাশিংগী লিংজেল থৌনা কদায়দা লোৎখ্রে? তমথীবা কোলোনিএলিজমগী অরানবা একক্ত কয়াগী য়োৎকী কোলুনা চপখায়দুনা ঊফুল তানা মাঙহনখ্রবরা?



# ৫

নুমিদাংৱাইরম অমনি।
মলয়া ওফিসতগী হল্লকই। মিনা ইমুংদগী চেঙ্খোরকই।

- ইচে, ঐখোয় তা ইমোবসে পঙওদা ওবা। অস, ঐদি কিজবনা যূমদসু মী কনামফাও লৈতে।

মলয়া ইমুংদা ইমোবগী মনাক্তা চঙলকই।

- ইমো কৈদৌরে নশা ঙমদ্রবরা?
- "কৈসু তৌদে।" মরোল হাইফেৎ ফাইনা খুমলকই।
- করি করিদি চারুরে?
- "নঙবুনি ঐনা হংলিবসি", খোঞ্জেল খর কনখৎলি।
- কৈসু চারুদে।

মলয়ানা মকোক্তা ঈশিং হাপ্পী।

- ওইদবা ঙাঙগনু, য়ু থক্লুরবা নত্রা?

- থক্তে।

- অদুদি গঞ্জা থক্লুব্রা?

- ইমান্নবা খর থেংনদুনা পেথেদিন খর কাপ্লুরে। চাং খর হেনখ্রমাল্লে।

মলয়া ফুক হৌগৎলি। ৱা অমত্তা ঙাঙদনা থোকখিরম্মী। থম্মোয়দা ৱারৌবগী মৈশানা থল্লম্মী।

নুমিদাংৱাইরম্লি। ঙাঙলৈনবা নোংজাবীনা আতিয়া অমদি মালেমগী মশক তাক্লকই। পোম্বী চেক্লা কয়ানা মালংগী ঈপোমদা কোইতাউ তাউদুনা শান্নরক্লে। মখোয়গী পীক্লবা শারুংশিংনা খপ্পগী খোঙ্ঘাংনা মালংবগা তপ্না লেংগোন্নরি। মলয়া মাগী কাদা মোনখুম লোল্লম্বন্দগী হাংদোক্লবা থোঙনাউ লান্না মহৌশাগী কুম্মেদু য়েংলম্মী। ইমোবা চঙলকই মচেবু কৌরকই। মলয়া খুমদে মমায়সু লৈথোরক্তে।

- 'ইচে।' ইমোবনা অমুক্কসু কৌরকই।

- ঐঙোন্দা কৌরক্কনু। নঙ ঐবু উশিত্তে।

- চুম্মী ইচেনা শাউবা। ঐ য়াম্না ফত্তবা মীনি। অদুবু ইচেবুদি ঐনা লুনা খল্লী। ঙসিদগী নিশা পূন্নমক কক্কনি। মসিগী খূদম ইচেদা শোয়দনা ঊৎকনি।

ইমোবা ইমুংদা চঙখি থাঙজৌ অমা পায়দুনা থোরকই। মলয়াগী ফমুং মনাক্তা লৈবা টেবলদুদা খুনাউবী শদন থারগা কক্লে তৌই। মলয়ানা মাবু খাম্মী। মখূত্তগী থাঙ মুল্লি।

- "ঙাওরব্রা? অদুম্ তৌবা হৌনব্রা?" ফমুংদা মবান্নি ফম্মীন্নে। মখূৎ থাদোক্ল দ্রি।

- নঙদি অসুক শাথিরমগনি হায়বা ঐনা নোংমত্তসু খল্লূদে।

- ঐখোয় অনী কৌনরক্তবা নুমিৎ হুম্নি সুরক্লে। মতুংদদি ঐবু অসুম্না ওৎপীগনু।
- ঐনা নত্তে নঙনা ঐবু ওৎপনি।
- ঐ তশেংনা লানখ্রে ইচে।

লক্ষমী বজারগী ফিয়োনফমদনি। মলয়া জলেম্বু মচুগী ফনেক অমা ফিয়োনবীগা তিংথোক্তুনা য়েংমিন্নরি। পৈশা থীরগা ফনেক্তু বেগতা হাপচিল্লি। মমায় লৈথোক্তুনা থোরকপদা ইমোববু উই কৌবা নংহৌদে। ইমোবনদি উখিদে। মহাক কোন থৌবী নুপী খরগী মনাক্তা চঙখি। মলয়াগী থম্মোয়দা চিংনবগী ঈচেল ঈরোং ফাংনা চেল্লকই- মরুম অমদা থৃপ্তুনা মখোয়বু য়েংই। ইমোবনা ফৃরিৎখাউদগী ক্বা ময়োম অমা পুথোক্তুনা ইবেনীদা পী। ইবেনীগী মখৃৎ পায়শিল্লি। মখোয় অনী হাইফেৎ নোক্নমিন্নে।

- "য়াহৌ থেঙবা শেন্দ্রাং চেঙ মচং চাবা ফংদবনিকো পাখং।" কোন থৌবী অমনা লক্লরকই।
- "য়াহৌ ঙনবা করম্বা অমা লাক্লম্বগে?" ইমোবনা ইবেনীদা হায়ফেৎ য়েংদুনা হায়।
- "লাকপুদি য়াম্না লাক্লম্মীদা খোয়দাদ্রবদি কমদৌনি।?" ইবেনীনা পাউখুম পীরকই।
- ঐখোয়বুসু খন্দোক খাকশিংগী মনুং চলহনবীরি জাৎলা!
- অদুবু ওইরবদি ফিদাফাও থাবীবরোইনা খঙলবা নত্রা?
- শক ফজবগী মতীক ব্রা ঙাঞ্জবসু কয়াদা হৈখ্রবা! সিদবু ঙাওরোইদবা কনানো?
- "ত্রেনীং পীনবা মী অমা ইনাক্তা ইচাউ চাউনা লৈরিবসিদি।"

অদুগা মখোয় অনী খোঞ্জেল অমত্তদা নোকমিন্নরকই।
মখোয়গী মতৌবু য়েংলিবী মলয়া ব্রাহেশিংদু তাবা ঙল্লমদে। মফমদুদগী তপ্না মখোঙ থাংদুনা থোরক্লম্মী। মহাক্না কনাবুসু উরমদে। ইমোবগী ব্রাখলনা মাগী মকোক পূম্নমক থনখ্রবগুম তৌরম্মী। ‘‘অসুক ওক্তবা অসুক লৈখা তারবা নঙগী পুন্সিবু ঐনা কনগে খল্লূবা ঐগী থৌরাং মহে য়ানগদৌরিবরা? নত্তে, ঐগী ব্রাখল লাল্লে নঙবু লম্বীদুদগী শোয়দনা চিংথোক্কনি।’’ মলয়ানা অচেৎপা ব্রারেপ লৌজরম্মী।

থাবল ফবা অহীংনি। মলয়া সূমাঙদা হকচীক লাংলি। সূমাঙ মতোন্দা হৌবা থাবল্লে পাম্বীদু চরোং চরোং য়াঙ্কদুনা শাৎলি। ঈংলবা লৈনম্মা লৈরক পল্লোন লান্না শন্দোকখ্রি। মলয়াগী থম্মোয়দা নমশিন্দুনা লৈরোন চনবগুম থমখ্রবা ব্রাখল অমা কন্না মীৎকপ থোক্কদবগী শেম শারক্লি। থোঙগাল ময়াদা হৌবা ব্রাং চাউরবা কেলি পাম্বীদুদা তোংদুনা শকখঙদবী চেক্লাচা অমসু ঈশৈ শক্লম্মী। মপূগী নীংথিবা খূৎশেমবু মপূং ফাহল্লি। মলয়া সূমাঙ মতোন্দা ফমদুনা শৈবেং অমা ইরি। ট্র্যবকী মৈঙালগা থাবলগগী তোৎশিন্নবা মঙাল্লত্তা মহাক্কী মায়থোংদু লৈরাংশিংগা তেমশীংনরি। ইমোবা থোঙগালদগী চঙলকই। নুমিত্তুদি মহাক্কী মায়থোং মকা লাম্মী। মখূৎনা ময়োম অমসু পায়রক্লম্মী। মলয়াগী মনাক্তা অসুক্কী মতিক তপ্না চঙলকই মদুদি শামিন অমত্তসু ফংলমদে। মহাক্কী কল্পনাগী ঈপাক্তা ঙানু থংগোংগুম কোইতাও তাউদুনা শান্নজরি মহাক্তি। ইমোবনা তপ্না মখূৎনা পায়বকপা হংগাম্পাল মৃচ্চী মোইবাং ফিজন হৎপা ইন্নফি অমা মচৌী মনমগন্দা

কৃপশিল্লকই। মলয়াগী অচীকপা তাইবঙ মাঙখি। খংপ্রেক খংনা মমায় লৈথোরকখি। ইমোবগী চাং মান্ননা লংলবা য়াতোনশিংদু উত্তুনা নোক্লকপা মীনোক্তুনা মহাকপু লৈতাহল্লম্মী। থংনবা মীৎকুপ্তা উরকই মশাদা ইল্লিবা ফিদু।

- করিনো সিদি? করিগীনো অদুক ঙাওশিন্নরিবা?
- ঙসি করি নুমিৎনো কাউরব্রা ইচে?
- ঙসিবুদি চৈরাওবা নুমিৎনিনে।
- চৈরাওবা হায়বসে ঐখোয়গীদি চহী হৌবা নুমিৎনি অদুনা ঐসু ইচেগী খৃদোল পোৎ অমা লৈরকপনি, পামদ্রবরা?
- পাম্বুদি করিগী পামদনি। অদুবু অদুক খংহনবদি হৌনব্রদো? অস কয়া থীনা খংখ্রবা!

অদুগা মলয়া থব্রায় তানা নোক্লকই। ইমোবসু নোক্লকই। মলয়াগী য়ূমথংনবদা লৈবী ইবেনীনা কা মনুংদগী থোঙনাউ ফাওনা অনীগী কুম্মৈদু উরম্মী। কল্লক খম্বনবগী মৈরীদা মশাদু তাংগোই তাখ্রগদবগুম তৌরম্মী। হাংদোক্লম্বা থোঙনাউদু মখোল থোক্লা থিংজিনখি। মলয়া অমদি ইমোবা মীৎয়েং অমত্তনা লোনশীনখ্রবা থোঙনাউদুদা য়েংলকই।

- ফিসিদি কয়া পীরম্মী।
- লূপা য়াংখৈমঙা পীবম্মী।
- করিগীনো অদুক য়াম্না চাদিং তৌরুরিবা?
- ইচে, ঙসিদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাই। ঐনা ইম্ফালদা লৈরক্লিবসি চহী মরিমুক সুরম্লগনি। নোংমতা য়ূমগী মতেং পাংলুবা ঙমখিদে। ঙসিদি ইমাদা লূপা চামঙা খক থাখ্রে। মহাজননা ঐগী খূৎশুমল লূপা লীশিং অমা পীবকই। পৈশাদু ফংবদা ইমানা য়াম্না হবাওজগনি হায়না খল্লী।

- শোয়দনা হরাওগনি। অদুম তৌগদবনি। পৈশা অরেম্বদা মাঙহনগনু। পীক্লিবা ননাওশিংদুগী তুংগী পুন্সি নঙগী নখূত্তা লৈরবনি, নঙনা অহলনি।

-ইচে চাক চাদ্রিবরা?

- চাদ্রি, নঙ ঙাইরিবনি।

- পূংদি তরা তাখ্রে। ঐনা অসুম্মা থেঙলক্লবদি ইচে চাথোক্লমল্লো ঐবু ঙাইরম্লনু।

- পুল্লপ চামিন্নবনা নুংঙাইত্রনে? ইথন্ত চাবদি হৈবু হৈনদ্রে ঐহাক্তি। লাক্লো চাক চারুরসি।

মখোয় অনী তুংথ মাংথ ইমুংদা চঙ্খমিন্নখি।

নুমিৎসিগী মথংগী নুমিদাংনি। মলয়ানা মখোয়গী ইংখোল মনীংদা লৈবা পুখ্রীদগী ঈশিং শোক্লগা ইবেনীগী কাগী য়েন্নখাগা তাইনবা লম্বীদুদা লাকই। ইবেনীগী কাদগী ইমোবগা মবান্নি খোঞ্জেল অমত্তদা কন্না নোকমিন্নরকপা তায়। মলয়া চপ লেপ্পী। মাগী থম্মোয়দা চিংনবগী ঈচেলশিংনা ঈবোং নাইনা চেল্লকই। ফক্লংদা নপশিন্দুনা অনীদুগী ব্বারী তায়।

- মখোয়না তৌরিবসি অঙকপনিনে। কোয়গে য়াদে হায়দুনা মীগী পোৎফমদা মখোঙ ফাওবা হামজীল্লম্মীনি।

ইবেনীনা ইমোবদা পাউ তম্লম্মী।

- অদুদি ঐনা শঙলবা তারেদনা।

- নখোয়গী নচেনা শাউরোইদ্রা?

- মানা কৈসু খঙপোৎ নত্তে।

- খঙদবদি হায়রুন্ন ঐবু ফাওবা কৌখিদ্রে ইবুংঙো।

- করিগী?
- মানা নঙবু পাম্মী অদুনা ঐখোয় অনী তিন্নবদা মিশৌ চঙলিনিদনা। মসি নত্তনা করিদি ওইগনি।
- ব্রাদুদি অনীরক সুনা পনগনু। হায়দোকপদা পাপ পুগদবা মাল্লি।
- করিগী পাপ পুগদৌরিবা? শিংখ্রবা নুপীনি, নঙগুম্বা লামচানা মাগী মপূক্লীং খঙবা ঙম্লোই।
- নহাক্না করম্না খঙলিবা?
- নখোয়গী ব্রারী নওং নতৌদগী খঙবনি। খৎনদুনা কৌনদেকা হায়দাইনে? ওইনরিনিনে মানা তৌরিদো। মশাবু কয়া ফত্তেনে চিকন সুপকাদু শেম্লগা খর পীথকউনে।
- ইতৈমা, ঐ ওক্তবা নুপানি ইশানা য়াজে অদুবু ইচেবুদি ঐনা থাক ব্রাংনা থাংগৎতুনা থল্লি। কনামত্তনা মাবু হন্থনা য়েংবা ঙম্লোই।
- ফরেনে, ঐনা লানবা ওইজরগেনে। খোংলগা খঙবা হায়বদুনি।

মপান্দা লেপ্পুনা লৈরিবী মলয়াগী মমীত্তগী অশাউবগী মৈরীক কাপথোক্লম্মী। অদুবু মহাক্না য়াম্না ব্রানা মশাবু ফাজিঞ্জদুনা ময়ূমদা লাক্লম্মী। ব্রারীশিংদুনা মাগী নাকোংদা হন্না হন্না ঙংদুনা লৈবম্মী।

নুমিদাংব্রাইরম্মি। মলয়া ওফিসতগী হল্লকই। থোঙজীন কানশিনবদা মকোক ঙাওদুনা তুই। ইমোবা মফি শেত্তুনা ইমুংদগী থোরকই। চেনশিন্দুনা মচেবু কোনখৎলি।

- কৈদৌরে ইচে?

- কোকশি ওষ্মোক্লা ঙাওখ্রে।

ইমোবদা ঙাথৈ। ইমোবনা মচেবু কোম্দুনা ফম্মুংদা পুশিল্লি, হীপথহল্লি। ফৈজূপ সুপকৎলি। মচেগী মখোঙ পায়দুনা য়েংই।

- খোঙসি খর ঈংই। ঐ পায়রক্কে ইচে। ব্রাটর বেগসু ওমসি। ইমোবনা ষ্টোফ থাগত্তুনা ঈশিং লুমখৎলি। মচেগী মখোঙ পায়, মকোক্তা ঈশিং অইংবা থাবী।

- ইবোকখোয়দি?

- লাইরিক তাবা চৎখি। ইন্দোমচানা কৈথেল চৎখি। ডোক্টর কৌশিরা?

- উম, অমুক্তংদি য়েংথোক্লীংই। অসুম্না মরক মরক্তা কোকসি ঙাওই।

- ইবোকখোয় লাক্লগা কৌরুগে। নথন্ত থনম্বা নুংঙাইত্রে। খঙহৌদনা ইমোবগী মীৎয়েং মলয়াগী মপূং ফারবী মায়থোঙদা তারুই। মলয়াদি মমীৎ উইশিনবনিনা ইমোবগী মীৎয়েংদু উরমদে। মায়থোঙদু অঙনবা অয়ুক্তা পোমশাৎনরকপী গুলাবকুম্মী। পীকতক্লা রাশি লৈবী চীনবানদুনা অনৌবা ঊনাগুম য়েংবদা শুম্মৎলি। অসুক নুংশিবা অমদি শুষ্কৎপা শক্তম ইমোবনা মহাক্কী মথোৎ কারকপা পুন্সিদা উখিদ্রি। তপ্না তপ্না মশা পূম্নমক শীনবা থুংনা মঙাও থীবা ঈথক ঈপোম অমা শন্দোরকই। মমীৎ কূপ্তনা য়েংই। মলয়াসু ইমোবনা তূমিন লৈখিবদুদা হংলকই - ‘‘ঈশিং শাদ্রিবরা?’’ অদুগা মমীৎ পাঙথোক্তুনা ইমোববু য়েংলকই। ইমোবগী লমহেল্লবা মীৎয়েংদুগা মীৎচান্নরুই। মীৎকুপ অমত্তং মোং হাজদবী থম্মোয়বু মীৎয়েংদুনা শকখঙদবা ঈথক অমা হৌহল্লম্মী। মলয়া মথন্ত মিপাইবা পোল্লম্মী। ইমোবনা শকফম হঞ্জিল্লম্মী।

ফক্লাং ঘরীনা মরিরক খীংলকই। নুংথিলগী পূং মরি তারে। মলয়া তশেংনা নারে। মাগী ফম্মুং মনাক্তা লৈবা সাইদ টেবলদা হীদাক খরসু লৈ। ইমোবনা মচেগী হোর্লিক্স শেন্নীরি।

- ঙসি ডোক্টর লাকলম্মব্রা ইচে?
- লাকলম্মে।
- করি লায়নানি হায়রম্মী?
- ঈ ব্রাংলি লো প্রেসর লৈ হায়রম্মী। ব্রাখল যাম্না খনবা ফত্তেসু হায়রম্মী।
- নুমিৎচুপ্পগী ইদুনতা লৈ। হক্চাং নুংঙাইত্রবদি ইবদু খর লেপ্লো।
- নঙনা হায়বা চুম্মী অদুবু মসিসু নিশা অমনি ইথোক্ত্রিমখৈ পোত্থাফম খঙ্দে। নঙবু ঙসি কদায়দা চৎলুবগে?
- ইতৈমা ইবেনীনা মাগী থবক অমত্তা চৎপীয়ু হায়দুনা চৎলুবনি।

ওমচাক্লরম্বা অশাওবগী মৈরীনা মাগী থম্মোয়দা মৈরী থোক্ল চাকখৎলকই।

- নঙ নত্রবদি মাগী মী কনাসু লৈত্রবরা? নঙনহানি মীগী মীনোকলাক্কনি। ইমো, নহাক অঙাং নত্রে নঙোন্দা ঐ যাম্না হায়নীংদে।

ইমোবা তৃমিন লৈ পাউখুম অমত্তসু পীরক্তে।

- হৌজিক্লা কদায়দা চৎতোইবা?
- ব্রাকসোপ্তা
- মতম চানা হঞ্জিল্লকউ।

ইমোবনা মচেদা হোলিক্স অশেম্বদু পীরম্লগা থোকখি। মিনা চঙলকই মচেগী মনাক্তা ফম্লে।

- "ইচে নঙবু ইনে ইবেনীনা য়াম্না চৈহৌইদো ইনে তোম্বীগী হোটেলদা"। মিনানা পাউ পুরকই।
- করিগীনো মানা ঐবু চৈরিবদি?
- খঙদে, মানা হায়রিনে নঙনা নারিসে তা ইমোবগী ব্রাখল খনবদা নারিনিয়ে। নঙনা নারগা মানা সেবা তৌবকদো মতৌ তমদুনা মখোয় ময়াম নোকইবা।
- কনা কনানো মখোয় ময়াম হায়বদি?
- ইচে শান্তিনে, ইবোক জানকিনে, ইনে থোইবীনে মখোয় মঙা তরুক শুই। মখোয়সি মবুক য়াম্না ফত্তে নঙনা নাবা ফরকান্দা খৎনৌকো।

শাউনীংবা অমদি ইকাইবগী মৈশানা মলয়াবু মওং থীনা নৈহৎলকই। "হে ! নুপী ওইবী! নখোয়সি অঙকপনি। নখোয়গী মীৎকুপকী ওইবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক অতোপ্পবু লুখাক্লোমদা লংথনবা হোৎনবদা হালেংবা লৈনদ্রি। নখোয়গুম্বী মমাশিং অসিনা সমাজসিবু কদায় ফাওবা লৈখা তাহনবগে হায়বদো নখোয়না মীৎকূপ অমত্তসু খল্লূবা ঙমদে।" মলয়ানা খল্লকই।





# ৬

নুমিদাং পূং তরা তারে। মলয়াগী মশা খর হনগৎলে। চৌক্রিদা ফমদুনা লাইরিক অমা পারম্মী। মিনা চঙলকই।

-ইচে ইমানা চাক লোইরে চারসি হায়য়ে।

- ইমোবদি লাক্লব্রা?

- ঙসায়না লাক্লে ইনে ইবেনীখোয়দা ব্রা অমা হায়গদবা লৈ হায়দুনা চৎখিবনি।

মলয়াগী অশাওবা ফুমদুনা থম্বা ঙল্লমদে। ইবেনীগী কা তম্না থুনা চৎলম্মী। থোঙদা কাককাক থীল্লম্মী।

- "কনানো?" কা মনুংদগী ইবেনীনা হংলকই।

- ঐনি। ইমোবা লৈবা নত্ত্রা?

ইমোবনা থোঙ হাংদোরকই। মলয়ানা থোঙজিন্দা লেপ্লগা কাদু

কোয়না য়েংই। ইবেনী ফমুংদা মশম মনা চোকশিনদনা হীপ্লি। ইমোবা ফূরিৎ লীত্তে মাগী ফূরিৎ কাঙ্খল চৈখোক্তা য়াল্লী। ফিদা অমত্তা থাদে কাচিন্দা মোরা অনী লোন্নদুনা লৈ। মলয়াগী মমীত্তা অশাওবা তুক্কচবগী মমিনা শন্দোরকই। ইবেনীদা খানা য়েংই। ইমোবগা ইবেনীগা হৈনদবা পোক্লম্মী।

- পূং কয়া তাখ্রে? চাক চানি য়ূমদা হঞ্জিনগনি হায়বা ফাওবা খঙদ্রেনে।

মলয়া থুনা থোকখি। ইমোবসু ফূরিৎ লীৎশিল্লগা কুদাম পান পান্দুনা মলয়াগী মতুং ইন্নখি। ইবেনীনা ব্রা অমত্তসু হায়বা ঙমদনা লৈহৌই। মাগী পুক্লীংদা লাকচখিবগী চৈনা অমদি ফংহৌরে।

পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক হোংবা নাই। মহৌশাগী তমথীবা শক্লোন্না সহর কয়া উমং কয়া লৈনূংদা ফুমজিনহল্লি। সমুদ্রগী ঈচেল থৈদোকহল্লি। মলয়াগী পুন্সিদসু অকনবা য়ুহার হাবা নংলরে। অহীংদু মলয়া তূম্বা য়ারমদে। মশা মথন্তা হংজরি- করিগীনো ঐনা তূম্বা য়াদ্রিবা? মাবু ঐগী কনানো? ওক্তবা মাগীদমক ঐনা অসুক ব্রাফম থোকপ্রা? অদুদি ইবেনী অমদি লৈকাইগী মীশিংনা ঐগী ইফমদা য়েংলিবা মীৎয়েংসি চুম্লব্রা? নত্তে মদুদি কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই। মাগী পুন্সিবু কনগে হায়না ঐনা ব্রাশকখি। অঙম্বা উপাই শীজিন্নদুনা মাবু তমথীরবীসিগী মখূত্তগী কনবা তাই।

লক্ষমী বজারদনি। কৈথেল মচি অমদা মলয়াগা ইবেনীগা ইমোবগী মরমদা ঙংখৎনৈ অশাওবগী চাংদু খোঙ্খোক্তা অমদি শকফমদা মমি তানরি।

-মা ঐগী হেক পোকমিন্নবা ইপ্পা শক্লা ইনাক্তা লৈরবনি। মাগী অফ ফত্তগী দাই ঐগীসু শরুক্লি ইচেগীসু ননাওগুম্বনি মাবু থাদোকপীরকউ।

- নঙনা নবুক ফত্তবগী পঙখন খঞ্জবনি ঐখোয়সু ইনাওগুম্না খল্লীবনি। ঙকচরেদকো ইবেম্মা, পাম্মগা হেক লৈখিবা য়াদ্রনে ঐঙোন্দা ওনখৎপীরক্লিসিবো ? নঙনা অশিংবা শাদুনকা নরাল কৃপশিনবদি য়াররোই। লৈকায়গী মীপূম তিংনা খঙনরবনি মীগীসু মমীৎ পাল্লিবনি। করিগীনো নঙনা ঐবু অসুক য়াম্না য়েংশিল্লিসিবো?

- ঐগী মিংদা থীবা শন্দোকপা কৈরোয লৈকায়না ঙাঙনবা খূদিংমক নঙনা শীনবা ঙাক্তনি। ঐ নঙবু নশক খঙই। নখোয়গুম্বী কয়াসিননি ইনখৎলক্লিবা নহা কয়াবু লমখাঙদা মাঙহল্লিবসে। ঐদি নঙগুম্বীদি কৈদৌঙৈদসু ওইরোই।

- লৈশাবী তৌঙম্বী, অফাওবী নঙনসু ঐবু অদুক থীনা ঙাঙবা নশমদু কোকখৈ ফোয়গে নঙ ঙসি ইবেনী ঐবু খঙদবা শারদনা।

মলয়াদা চোংশিল্লক্লম্মী। মখোয় অনী ফূনরম্মী। ময়াম্না খামদোক্লম্মী। থৌদোকসিগী মরমদা লৈকায় শীনবা থুংনা তানরক্লম্মী। খবনা ইবেনীবু মরাল শীরম্মী খবনা ইমোববু অদুগা খরনা মলয়াবু মরাল পীরম্মী। অদুবু মলয়াদি কৈসু নাচুংবীরমদে। অকনবা নোংলৈ নুংশিৎলক্তা মশা মরেং ফন্না লেপ্লীবা খোংনাং পাম্বীগুম মহাক্কী পূক্লীং চেৎনা লৈরম্মী।

অহীং অথেঙবনি। ইবেনীগী কাদা ইমোবগা ইবেনীগা ফমুংদা ফম্মিন্নরম্মী। ইবেন্নীগী মমায়দা থাম্মী।

- সিদকা অমত্তা লাকপীরনু ইবুংঙো শক ফজবা। নঙ হাকন্নবগীনি নচে শাবী তৌঙম্বী অসিনা কৈথেলদা মীগী মমাঙদা ঐবু খোঙ্গোইনখিবদো।
- অদুবু করিগী ফূনরুরিবনো? মতুংদদি অসুম্না হূরানবগুম লোন্না চঙলকপা নত্তনদি উপাই লৈররোইদো। মীগী মমাঙদা পাখং শাজরিবনিনা ইজৎ অমদি থমদবা য়াদ্রিবা।
- নখোয়দরনে ইজৎ কিরিসিবো ঐখোয়দি কিদ্রনে?

ইমোবা তুমিন্না লৈরম্মী।

- ঐনা হায়বা পূম্নমক য়ারক্তা পোপ পোপ তারক্কদবনি। নঙদি নচে শাবীদুবু লাইরেম্বীগুম লাত্তুনা লৈরো। চোকশিল্লক্কবা মতমদা ঐগী মীচঙ কনাসু লৈরোইয়ে।
- ইতৈমা নহাক্তি ব্রারৌবনা অমুক হেল্লি ফজবা, ঙসিদি ঐসু উরে।
- ঙসিদি অদুনকা চৎনররোই, ঐ য়াম্না শাউনীংই।

ইমোবা তুমিন্না ফমদুনা ব্রাখল খল্লম্মী।

ইমোবা অহীংদু তূম্বা য়ারমদে। মাগী লম হেল্লবা থম্মোয়দা মলয়াগী শক্তম্না মচেৎ মচেৎতগী মপূম ফানা মমি তাগদবগী শেম শারকপদু মথন্তা য়েংজরগা পেঞ্জবা ওইরম্মী। পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা মহাও অমা খঙবগুম তৌরম্মী ইমোবনা অহীং অসিদা।

নোংজু থানি।

লেপ্তনা চুরকপা নোংজুখোল অমদি অখাক অরাওনা অতিয়া মালেম অনীমক নিল্লন্মী। মৈ লাক্তে। নুমিদাংগী পূং তরামাথোই তাশিনখ্রে। হৌজিক ফাওবা ইমোবা হল্লক্ত্রি। ইবেনীগী মনাক্তা নিঙাইদনা লৈথোক্লম্বসু য়াই। নুমিৎতুসু মলয়া তূম্বা য়ারমদে৷ অহীং ফনা য়াম্না য়াল্লক্লে মানা ইমোবগী ৱাখলদা তূম্বা য়ারক্ত্রিবসি। অফ ফত্তগী ৱাখল ফাওবা খন্থদনা মীমাঙ থোক্লা চোংথোক্লুরে ইমোবগীদমক। মথন্ত নুংনাংজরি - "ঐনা মাগীদমক অসুক ৱারিবা করিগীনো? খল্লোয় খন্না খন্না খন্দবদি ঙমদে। মসিবু করিগীনো? মাবু ঐগী কনানো? মহাক ঐগী অরাপ্পা মরী মতানি নক্লবদগী খঙনরকপনি। মাগী মথোঙচাদবা পুন্সি ৱারীনা থম্মোয়সিদা হক্চিন্না মমি তাখিবনি। মতমদুদা ঐনা মাবু কনগে হায়না খনখি অদুবু অসুক তমথীবা লেঙবা য়াদবা খোঙফম অমদা লেপ্পনি হায়বদি মীৎকুপ অমত্তসু খন্থরুদে। ঙসিদি তশেংনা খোঙদাফম লৈরক্তবগুম তৌরে। ঐগী অকোয়বদা তিংখং মক্তনা শৌ শারক্লে।" মলয়ানা হন্না হন্না খল্লন্মী মশাগী ফীভমগী মরমদা। তূম্বা ইয়ামক য়াদ্রবদা ডোক্টরনা ইরম্বা স্লিপীং পিলদু অমা চাশিল্লন্মী। খঙহৌদনা মহাকপু অতূম্বগী লাইরেম্বীনা তাল্লবা মঙলানগী লমদমদা তপ্পা সুম্বীরন্মী। অৱাবা কোংগায় মূৎখিরন্মী।

ইমোবা থোঙ তপ্না হাংদোক্তুনা ইমুংদা চঙলক্লন্মী। ইমুংদুদা লৌবিবা মী অমত্তনসু মা লাকপগী শমিন অমত্তা ফংনরমদে৷ য়াম্না থেঙখ্রে। ফক্লাং ঘরী য়েংলুবদা পূং তরানিথোই তাগদৌরে। ইমোবনা মাগী কাদা লৈবা তরং অমা হাংদোক্লন্মী লোইদৌরবা য়ু লীক্লি অমা পুথোরক্লন্মী। ঈশিংগা অমত্তা য়ান্দনা লোইনা

থকচিল্লম্মী। থোরক্কুনা চাকখুমদা শমুক্তা থাংগৎলিবা মাগী চাক শরূক্তু চারম্মী। অদুগা মাগী কাদা ফম্মুংদা হীপ্লম্মী। তূম্বদি য়ারমদে। মমীৎ অনীমক সুন্দ্রংদা পাঙদুনা য়েংলম্মী। তপ্না তপ্না নীংশিংবগী ঈথক ঈপোন্নক্তা মশাদু কোইতাও তাউদুনা শান্নরম্মী। মলয়াগী শক্তম্না কা অদু থল্লকই। মোমোন নোক্কুনা মখূৎ হৎতুনা মাবু কৌরিবগুম খল্লম্মী। ইমোবা অঙাওবগুম হৌগৎলি। মলয়াগী কা তম্না চৎলম্মী মলয়াদি নিংঙাইদনা তূম্লম্মী। ইমোবা কাঙখল হায়দোক্কুনা মাবু মুন্না য়েংই। মশা শীনবা থুংনা য়েংলকই। ফূগাইনা শাৎপী লৈরাংগুম লৈহীনা তনিক তনিক্লি মায়থোঙদু। ইমোবগী মমীৎ অনিমক্কু মচীঞ্জাক ফংলবা কৈশালগুম ইরং লংখৎলি। নোঙ্গদুনা মলয়াবু চূপ্লম্মী। মুশি মুশি চাকখৎলকপদা ঙায়রিবা মৈরীদা তপ্না হুম্বা মালংবনা মৈচাক ফবা হেনগৎহল্লি অদুবু অকনবা নোংলৈগী সহুমদদি মৈরীদু শোয়দনা মুৎখিগনি। মসি ইমোবনা খঙলমদে। পাক শন্না মঙাল পীরিবা মৈরীবু উরগা মৈরানবীনা লাঙতক্লজে অকোয়বদা কোয়পাই পাইদুনা মৈশা ফংলবসু পেনবা লৈতে মৈরানবীগী থম্মোয়না। মৈরীনুংদা চেংশিন্দুনা মপুন্সি কখোক্লবা শেম শারি। অপীকপা মৈরীদি মৈরানবীনা মুখুৎখিবা ফাওবা ঙম্মী অদুবু পাকশন্না মঙাল পীরিবা মৈরীবুদি মৈরানবীনা মায়থীবা পীবা ঙমদে। মহাক্তনি কেমজখিগদবা। মসিসু ইমোবনা খঙ্গরুদে। মলয়া মঙহাগুম হৌগৎলক্লম্মী। মশানা মশাবু ফাওবা থাজবা ঙল্লমদে। থংনবা মীৎকুপ্তা ইমোববু উরম্মী। মহাকসু মরাল য়াজদুনা লেপ্লম্মী। অসুক তমথীরমগনি অসুক মিনুংশি খঙ্জলম্লোই হায়বদি মহাক্রা মীৎকুপ অমত্তসু খঙ্গবা তৌখিদে। মসিনি মাগী মরাল হায়ববু। ভুক্কচবা, শাউনিংবা, ৱারৌবা পূম্নমক্না মতম

অমত্তদা মলয়াগী পূক্লীংবু লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লম্মী। শুক্লা মম্লবা অহীংদা লম্বী চৎফম খণ্ডদ্রবা মীত্তাংবগুম মহাক্কী লম্বী পল্লেপফম খঙলমদে। অশাওবনা মহাকপু ভৈরবীগী শক্তম লৌহল্লম্মী। খঙ্গহৌদনা ইমোবগী মমায়দা খূৎপাক্লা পঙথাদা থাজিল্লম্মী। টেবল মথক্তা তারিবা থাঙদু মলয়ানা খূদক্কুদা উরকই তাপ লৌরম্মী। ইমোববু মুন্না য়েংলম্মী। ইমোবদি নূংগী মূর্তিগুম লেপ্লম্মী। মলয়াগী মখূৎ থক থক নিক্লম্মী। মকোক উরু উরু লৈরকই মখূত্তগী থাঙ লৈবাক্তা তাখি। তপ্না মখূৎনা মমায় খুম্লদুনা লৈমায়দা ফমথখি। মথংগী মীৎকুপ্তা জ্ঞান লাক্লবগুম ইমোববু চৈরকই, ''নঙ শানি, ঐ নঙবু তুক্কচৈ। চৎখ্রো, ইনাক্তগী লাপ্না চৎখ্রো। চৎখ্রো।''

মপান্দা নুংশিৎ কন্না শীৎলম্মী নোংসু লেপ্লমদো, থোঙ থোঙনাউ মখোল থোক্লা য়ৈশিল্লম্মী। নোংথাং কূপ্লকপদা ইমোবগী মরাললৈরবা মায়থোংদু মলয়ানা উরম্মী। মখোঙ লূম্না থাংলদুনা মহাক কাদুদগী মপান থোকখিরম্মী। মলয়া ব্রাখলনা নম্থরদুনা ফমুংদা তপ্না হীপথরম্মী। মশাবু অমুক য়েন্নীং হুল্লরোইদবা অকংবা উপাল অমগুম উজরকই মহাক্কী ব্রাখলগী মীৎয়েংদা।

মতম অসুম হৌখি। নাকেম্থা, য়েন্নীংথা, নোংজুথা, ওন্না ওন্না মালেম্না ফীজোল হোংলকই। মলয়াগী থম্মোয়দা তাখিব শোকফমদুসু তপ্না তপ্না শয়োন চিংখৎলকই অদুবু দাগতুদি কৈদৌঙৈদসু মূৎখিবা লৈরবোই। পুন্সিগী অহাঙ্বা সরক সরক্তা মশা মথন্তা হেক হেক হংজৈ - ঐসিবু তশেংনা পাণ্ডবীরা হিংবদা মতীক চাদবা মীশক্লা? অদুবু মসিমকসু মহাক্লা

য়াজনীংলমদে। অদু ওইরবদি নুমিত্তুদা ঐনা মাবু করিগী মতীক চাবা চৈরাক পীথিদ্রিবা, ঐগী থম্মোয়না অদুক শোন্থরকখিবা? ঐগী করম্বা ইরাল লৈবননো? লৈখি য়াম্না চাউনা ঐগীসু ইরাল লৈখি। তাইবং পানবা অসিদা মীনম্বদু কৃপশিন্দুনা থম্বদি ঙমগনি অদুগা ইশানা ইশাবুদি মীনম্বদি ঙমজরোই। মাগী মফমদা থমখিবা ঐগী মীনুংশি অদুদগী নক্লবা। মথোৎ কারকপা পুন্সি অনী হকচিন্না নক্লখিবা থৌদোকশিং মতমদুদা ঐগী থম্মোয়না লাঙতক্লখিবা মসিনি ঐগী ইরাল হায়ববু। অদুগা শেম্বীবা মাগীসু মরাল লৈ। করিগীদমক নকশিন্নবা য়ারোইদবা থম্মোয়শিংদা অপাম নুংশিগী মরূ হুল্লম্মী মহাক্লা? লঙজবা অসিগী প্রাইশিচত্তি করিনা ওইগনি? ইশা ইথন্ত শিজবা নত্রগা মাগী তুংইনবী ওইদুনা পুন্সি লেনখিবা। মসিবু থম্মোয় নঙনা য়ানীংলব্রা? য়ানিংদে। অনীমক অমত্তসু য়ানীংদে। ঐনা থব্রায়মক্লি খন্দুনা থমজগদৌরিবা মীশক অদুদি ওক্তবা, নুপীগী মমল মশক খঙদবা লৈখা তারবা অমনি। মাগীদমক পুন্সি কথোকপা হায়বসিসু য়ানীংদে। অদুগা শিবা হায়বদুসু পাঙদবগী খূদমনি। করিনো উপাই অমা তৌদুনা ঐহাক হিংবা তাই মদুগী মমলসু লৈহনবা তাই। অদুদি ঐহাক করি তৌগনি? ব্রাখলশিংসিনা মহাকপু তত্তনা ওৎলম্মী। চৈরকসিদা নোংমা ইমোবগী চিঠি অমা ফংলম্মী।

মরাল লৈরবা মী অমদা পীফম থোকপা চৈরাক্তু নহাক্লা ঐঙোন্দা পীখিদে। অদুবু ঐখোয পূম্নমক্কী ইথক্তা লৈরিবা মপু মানদি পীফম থোকপা চৈরাক অদো ঐঙোন্দা শোয়দনা পীগনি। মসি ঐহাক থাজৈ। পীরক্কদবা চৈরাক্তুবু ঙাইদুনা মতমসু লেল্লি। অব্রাংবা অতিয়ানা অব্রাংবা চীংদোলগা মরূপ শান্নে। সুক সুরবা লোক্লুংনা ফংঙল্লরোইদবা মঙালগী মঙদা লূপচৈ অসুম্না মতম হৌখিনি।

তশেংনা মরাল য়াজবগী চিঠিনি। ঙাকপীবা হায়বা ব্রাহৈদুমদি য়াওরক্কে। মলয়া থাজবা ঙম্লমদে। ইমোবগী খুৎইরা নত্তবরা হায়দুনা মুন্না য়েংলম্মী। মমৈথংদা শ্বর মপি অমা শাংনা হোম্বদুনা চিঠিদু থূপচিল্লম্মী।

নুমিদাং অমনি। ইমোবা ব্রার্কসোপ্তা থবক শূরম্মী। নুমিদাংগী পূং তরেৎ তাখ্রে। অয়ুক মল্লিঙৈদগী শূরকপনা মতমদু ফাওবা পোত্থাদ্রি। নীংঙমদবা মায়থীবগী মমিনা মায়থোংদু কাহৎলম্মী। ইথা থাজদনা ইবেনী চঙ্লকই।

- ইতৈমা কদোমদগীনো?
- বাজার চৎলুবনি থেঙখ্রে। ইথন্ত চৎপা নুংঙাইত্রে য়ূমদা খর থিল্লু।
- ঐদি থবক খর চিল্লিনে। য়েংও তো শেল্লিবা গাড়ীসে হয়েং নংনবনি কনানো নুপামচা অমা থিলহল্লগে।
- মশক খঙনদবা মীগা চৎমিন্নবা ঙমজরোইদা। মীশিংসে য়াম্না চাউথোকখ্রেনে।
- অদুগী নত্তেদা। ফরে, অস্বাই ফাওবা ঐহাক থিল্লগে।

মখোয় অনী তুমিন তুমিন টিদিম রোদতা হাইথমিন্নরক্লম্মী।

- থা মঙা তরুক সুরক্লে নোংমক্তা নশক উৎলদবা। ননূং লেল্লবনিনা ঐখোয়বুদি কাউরবনিনে?

ইবেনীনা ব্রারী হৌরক্লম্মী।

- জাৎ জাৎ খল্লেদা। ঐহাক হন্দক থবক খর চিন্দুনা তৌবনি।

ইবেনীগী ময়ূম য়ৌশিল্লক্লম্মী।

- চৎলগে, য়ারবা নত্ত্রো ?

ইবেনীনা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা ইমোবগী মখূৎ অনীমক পায়শিল্লি। মন্ত্রনা শুল্লবা মীগুম ইমোবা ইবেনীগী মতুং ইন্নদুনা ইমুংদা চঙখি। ফল্লাংদা নপ্পা মিরাং অমদা হয়িং অমা তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লি। য়েংবদদি কয়াদা ফজখ্রবা! থেক্কোই থেক্কোইবা কাশিং, লৈনা লৈনা কাখৎখিবা শিরিশিং অদুবু কয়াদা খুদোং থীনিংঙাইদি ওইখ্রবা! খুদোংথীগনি খঙনা খঙনা লেপ্তুনা চঙশিল্লি মফমদুদা। মিশিংনা লাং থাক্কুনা মখোয়বু মচিঞ্জাক ওইনরি।





# ৭

শোক ১৯৬১ দা গোৱা ইন্দিয়ান য়ুনিযনগী শরুক অমা ওইনা নীংতম্বা ফংখি। মফম অসিগী মীশিং জাতিগী ওইবা থাক্তা লৈঙাক সাসন্দা শরুক য়াবা হৌরকখি। লৌউ শীংউবগী, ঙা ফাবগী অদুগা খোংগী পোখোক্তগী গোৱানা লৈবাক অসিদা খ্বাইদগী ৱাংবা পরকেপিতা ইনকম লেভেল য়ৌরকপা ঙমখি। অদুদগী ষ্টেটহুদ অমুক ফংলবা মতুংদা হেন্না ৱাংবা ইজৎ ফংলক্লি। নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা গোৱাগী সমুদ্র খোঙবালগী ফজবদি য়েংবদা সুক্মৎলবী মথোৎ কারকপী শকহেনবী নুজানা সনা মনিগী লৈতেং থাল্লগা মখুৎনা লৈরাং চরোং পায়দুনা মোমোন নোক্লা লেপ্পগুম্মী। য়োইহেনবনা মফম অসিদা লৈরক্লিবা ফন কুইরক্লে। গোৱাগী আর্ট সেন্টর অমদা রিসার্স তৌরকপা চহী অমা ফাজীল্লক্লে। ছুটিগী মতমদা অমদি অহাঙবা মতমদা গোৱাগী মফম খূদিং থুংনা চৎতুনা

লমদুগী কলচর খঙনবা হোৎনরি। খুংগংগী লমদসু চৎতুনা মফমদুগী হরাও কুম্মৈ কয়াসু শরূক য়ারি। ঙা ফাবা নুপা নুপীশিংগী চম্না লেনবা পুন্সি মখোয়গী ফোঙ্ক দান্স য়েংদুনা মতম লেপ্লি। করিগুম্বা মতমদা মন্দোবী তুরেলগী ঈরোন্নুংদা অসুম অসুম লূপথখ্রিবগুম তৌরিবা নুমিদাংৱাইরমগী শান্নবা নুমিৎকী মশেক্লা মন্দোবীগী ঈপাকপু সনা মচুগী ঈথক হৌহনবগুম্মী মালংবগী সহুম ফংবদা। তোর্ব্বান্দা হৌবা মনা পূংলবা য়ুবী পান্বীশিংগী মখোঙদা লেপ্তুনা প্রকৃতিগী মথানুংদা পুন্সি তাংজফম ওইরিবা ঙা ফাবশিংগী মরমদা ৱাখল খল্লি। মীওইবগী মফমদা পীরিবা মহৌশাগী চাউরবা খূদোল মহাক্লা খন্থদবা ঙমলমদে। কলকার অমগী থৌরবা মীৎয়েংনা চাং ওন্দুনা য়েংলম্মী মহৌশা অমদি মীওইবা। মসিগা লোইননা মহৌশাগী মফমদা চৎলিবা তৌবিমল খঙদ্রবা মীওইশিংগী মরাল লঙজবা মহাক্কী মীৎমাংদা ময়েক লানা চোংথোরক্লম্মী। হৈনবী অমা ওইনা নুমিদাংৱাইরম খূদিংগী মহাক মন্দোবী তুরেলগী তোর্ব্বান্দা কোয়থোকপা হৌরক্লে। সনা মচুগী লৈঙোইগী তোর্ব্বান্দা কিলোমিটর চামরোম শাংনা শন্দোক্লিবা থাঙতূপ পান্বীশিংগী মখোঙদা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লমকোয়বা মীশিং লেপ্তুনা চেনশীন্নরক্লি। করিগুম্বা মতমদনা পাক চাউরবা অশংবা উমংনা ফীবান চল্লিবা মায়েম লেক্তো লম ঙানুশিংনা নোংদোন খেৎনা পাইদুনা মপুগী মিংখৈ শোল্লিবদু য়েংদুনা পূক্লীংগী পোত্থাফম থিরি।

কয়াদা নীংথিজরবা মহৌশা অমসুং খূৎশেমগী মমিনা চেন চোংনা শান্নরিবা পাৎনো ! মায়েমগী লূরবা ঈশিং ঈপাকপু উকুরগা য়োইহেনবনা নীংশিংলকই লমদম তামহৌরবী লায়রবা কোটি কোটিগী তাংজফম শাইদাংফম ওইরক্লবী ইতিহাসকী চেনা কয়াগা

শাগোন্নরক্লবী লোক্তাক পাৎপু। ‘‘থারবা ফুমদি ফিজেৎনদুনা অমোৎপা মপৈ মপৈনা নহাক্কী শক্তম্বু মাঙহনগদবগী মীৎকুপ পূংজা খূদিং লাল্লুমহৌবী ঐখোয়গী মীরাইবীরবী লোক্তাক পাৎ, নঙদি য়েলহৌগৈদা মশেক নাইরম্বা হৌজিক্লা মরাই চায়থরক্লবা ঐখোয়গী খুনাইগী মিংশেলদা তারিবা শক্তম্নি। করম্বা নুমিত্তা নহাক্কী তৌবীমল খঙলক্কুনা থম্মোয়শেংনা নচাশিংনা নঙগী খোঙগুলবু লীরক্কদগে করম্বা মীৎকুপ্তা নশুং নমান্নবী লক্তা তোমথিন ঙানবীনি তাক্লগদগে ?’’ য়োইহেনবনা খল্লকই। মহৌশাগী তাঙলবা বরগী মশকওইরবা গোৱাদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। লমলক্কী শা উচেক জঙ্গলগী উ মখল মখল ৱাইল্ড লাইফ সেংচুৱারি অসিদসু নত্তনা ইন্দষ্ট্রিদসু নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্লিবা গোৱানি। বোন্দলা পার্কতা লৈবা স্কোয়ার কি: মি: নিপানলোম পাক চাউনা লৈবা দিয়ার পার্ক মিনি জূ বোটনিকেল গার্দেন অমসুং টুরিষ্ট কোত্তেজ খূদিংমক অসিনসু লমকোয়বা লাক্পশিংগী পূক্লিং চিংশিল্লি। খা থংবা গোৱাদা লৈরিবা দুধসাগর ঈশিং চাইবী ৱাংলবা চীংচেপ্তগী চেন্থরকপা ঈচেলনি। ঈচেল অসিগী ৱা ৱা লাউবা ঈং তপ্লবা খোঞ্জেলগা লম্লক্কী শা উচেকশিংগী খোন্থাংগা হরাওনা লেংগোন্নরি। গোৱাগী সমুদ্র খোঙ্বান্দা অঙাংশিংনা মখূত্তা থুমোক মচা অমমম পায়দুনা তোর্ব্বানদা তাবা থরোই মোইবুং খূন্দুনা চাইদুনা শান্নরি। মখোয় মশেন মখূৎ শম্নদুনা চেন চোংদুনা শান্নরি। মমা মপাশিংনা ঙা ফাবা চৎপদা মতুংইন্নরি। মখোয়গী মীৎফমদদি তাদে তাইবঙগী চমোৎনবা মমি। মন্দোবীগী লূরবা ঈপাক্লুম তশেং তশেংই মখোয়গী থম্মোয়। করিগুম্বা মতমদা য়োইহেনবসু লেগুন দা ৱাটর স্কুটব অমদি ৱিন্দ সর্ফিং তোংদুনা ঈচেলগী তুংইন্না

চেহ্নমিন্নরুই। মায়মীত্তা পাৎয়ায়গী অইঙবা ঈরিকচেনবা মালংবনা হুম্বদা পূক্লীং অমদি হক্চাংগী ওমচাক্লবা মৈশা পূম্নমক চামথোকখিবগুম তৌরি। স্বিমিং দ্রেস শেৎলবা পাখংগী ঙৌরবা রাশি লৈরবা মায়থোং চূং ফীরান চাবা নোংশা শাদা তাবা শাবান উবদা করম্বা নুজানা থম্মোয় মরাং হৌদবা ঙমগনি।

সহরদা লৈবা যূম পূম্নমক মতমগা চূনবা খূৎশাদা শাবা ঙাক্তনি অথীবা খাংপোক অমত্তসু মফমদুদা উবা ফংদে। লৈত লায়রগী ফূইরবা নুংশা শ্বর অমত্তসু মফমদুদা থেংনদে। গোবর্মেন্ট সেক্রেটরিএট অসি স্পেনিস ষ্টাইলদা শাবা বেলকোনিশিং য়াওরি য়োৎনা শাবনি। মতম অমদা সুলটান, য়ুসুফ আদিলগী কাসল অমদি কোনুং ওইরম্মী। ময়ায়মক্তদা ইন্দিয়াগী মচু অহুমগী ফীরালনা হাই হুল্লি নুংশিৎকী শাফূদা। য়োইহেনবগী পূক্লীংদা নীংতম্বগী ব্রাহ্মোক থিবা হৌরকই হঞ্জিন হঞ্জিন্না অদুগা থংনবা মীৎকুপ্তা নীংশিংলকই মীনা ফুল্লবা নালাগী অমোৎপনা থল্লবা ইম্ফাল সহর চাথুং শেখুঙদ্রবা মীওইশিংগী পুন্সি, হিংবগী অর্থ থিবদা থোক্ত্রবা নিশাদা লায়চুরবা মৈতৈ মচাশিং। মীৎকুপ খরদং মাগী থম্মোয়বু তনিক তনিকহল্লকই। ইতিহাসকী লামায়দা য়েক্নুনা লৈহৌরবা মরৈবাক নীংবা লালহৌবশিংগী পুন্সি কেমখ্রবা অগুৱাদা সেন্ট্রেল জেলবু উরগা ইম্ফালগী সেন্ট্রেল জেলবু নীংশিংহল্লম্মী। মফমদুদা লৈহৌরি দ্রগ এদিক্টশিং, ওক্তবা ওক্তবী হূরানবা অমদি মীহাৎপশিং। থংনবা মীৎকূপ্তা উরকই বিটি পার্ককী সহীদ মিনার। মহাক্কী থম্মোয়দা হৌখ্রবা মৈতৈগী ইপা ইপুগী লিংজেন থৌনাবু নীংশিংদুনা চাউথোকচবগী নুংশা শ্বর অমত্তং হোহ্নজরি। তাল্লবা মরৈবাক্তা লৈহৌবা সহীদ মিনারবু নীংশিংলকই।

অদুগা লোয়ননা মরমদমগী শেমগৎ শাগৎপগী শরুক ৱাংলবা শান্নবুঙশিং, থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ খাঙদুনা মরৈবাক্কীদমক হুমাং তানা চেঞ্জ চোংজহৌবা শান্নরোয়শিংবু নীংশিংলকই। মখোয়গী হোৎনজমন্না ভারত্তদা নত্তনা মালেমদা মখোয়গী ফিদা ফংজবা হৌরক্লে। শান্নরোই খূদিংমক লায়রবা চাথুং শেংখুংদ্রবা ঙাক্তনি। চরা হেল্লগা, পেরুক পেদাই চগেম চারগা থোকচরকপনা অয়াম্বনি। কনানসু মখোয়বু মখোঙ শোন্বীরমদে। মখোয়গী ৱা নোংমত্তা খনবীরমদে। অদুবু হৌজিক্তি মশা মরোমদোমগী মতীংনা হোৎনজমন্না লৈবাকসিগী খুনাইসিগী ফমফম তাল্লক্লবা পূংফমসিদদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ য়াইতোঙ খমদোংবশিংসু থম্মোয়শেংবা শেংদবা মখোয়গী ৱা ঙাঙবা হৌরক্লে। মখোয়গীদমক খন্নরক্লে। শান্নরোইশিং অসিনা হোৎনরিবা খূদিং মখোয় মরোমদোমগী নত্তে লৈবাকসিগী খুনাইসিগীদমকনি। মখোয়বু মরৈবাক্কীদমক হিংজবা মরৈবাক নীংবা মচানি হায়বদা কনানা থিংগদৌরিবা? মখোয়গুম্না মরৈবাক্কী মরমদগীদমক্তা কখোকপা করম্বা মচাশিং লৈরিবগে? য়োয়হেনবনা মরমদমগী শান্নরোইশিংগী ৱাখল খল্লুরগা থম্মোয়দা চাউথোকচবা পোক্লকই। ওল্ড গোৱাদা লৈবা নূংঙৌনা শাবা ৱাং চাউরবা যীষুগী মূর্ত্তিনা মখূৎ অনী তিংথোক্লুনা পাপ চেনবশিংবু পাপকী লম্বীদগী কনবীগে হায়বগুম লেপ্লী। মমীৎ অনীমক পাঙথোক্লুনা থৱায় পানবশিংদা থৌজালগী মীৎয়েংনা য়েংলি । অদুবু মীৎয়েং অদু য়াম্না নীংবা কায়রবা আশা উদ্রবা মীৎয়েং অমগুম উবকই য়োইহেনগী ৱাখলগী মীৎয়েংদা। সেন্ট কেথেদ্রেল চর্চতা নোংমাইজিং খূদিংগী চর্চ কাবা য়াওরি। মতাকসু শেংলবা অরান খুবমগী ঈশৈ শক্লুনা পূক্লীং

শান্তি ফংনবা হোৎনরি। আর্টিষ্ট অমগী হৌনবা ধর্ম্ম খুদিংমকপু ইকাই খুম্নবা মীশক্নি মহাক। অগুৱাদা ফোর্টসু য়েংলুই। মসি ইটলি অমদি ফ্রেঞ্চ দিজাইন্দা শাবনি। ঈশিংদগী কংফালদা ফাওনবা য়াবা টনেলদা লৈরিবা অমুবা বাসাল্ট মোর্টার লাইম্নচিংবশিংনা থায়না মমাংঙৈদা শোক্লখিবা লানফম অমগী শক্তম ওইদুনা লৈহৌরি। মসিদগী আরব সাগরদা য়েংথখিবদা মতম অমদা জহাজশিং লাম্থোক লানশিন তৌবা হৌজিকসু লাম্থোকফম অমা ওইরিবা লম্বীদু উরি। ঙসি ফাওবদসু কি: মি: নীফু লাপ্না উরি আরব সাগরগী নোংচুপ থংবা শরূক্তা বার্দেজ পেনিন্সুলা। গোৱা লিবরেসনগী মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা পেনিন্সুলানি। গোৱাবু য়ুরোপিনশিংনা ফংখিবা কান্নবা অমদি মসিগী মহৌশাগী ওইবা ফজবা শক্তমগীদমক গোৱা দৌরদ (গোল্ডন গোৱা) হায়না মিংথোল পীখিবদু মতীক চায়। তশেংনমক পৃথিবীগী অম্বাপুরনি হায়বমক য়াই। মরক মরক্তা শ্রী মাংগেস টেম্পলসু য়ৌরুই। গ্লাসকী অচৌবা থাউমৈ পরেং অচৌবা শরীক, য়েক খোৎলবা যুম্বীশিং, টেম্পল মহালাসাগী ৱাংলবা টাৱার, সাফা সবারী মোস্ক, জামা মসজিদসু য়ৌরুই। খৃষ্টেইন লুহোংবসু কয়ারক য়াওখ্রে। ফীঙৌ শেৎপী অপাবা মাইখুম ফিনা লৈতেংবী মখুত্তা লৈরাং চবুন পায়বী খৃষ্টেন ব্রাইদপু উরগা লমদম তামহৌরী থম্মোয়দা হকচীন্না মমি তাখ্রবী মশানৌগী মোমোন নোকপী মায়থোংবু নীংশিংজে। মীৎকুপশিংদুদা থুংনবগী ময়াইকাবা ঈথক্লা ঙাথেংদুনা শান্নরক্ই মাগী থম্মোয় তোর্ব্বান্দা।

সমুদ্র খোঙবান্দা তাবা ঙা ফাবশিংগী শেগায়বা ঊনানা কৃপ্পা খাংপোক, মদুদা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সি মীওইবগী চাওখৎপগী

মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবা লায়রবশিংগী মায়থিরবা পুন্সি ঈশৈ মহাক্কী মীৎলমদগী কৈদৌঙৈদসু নাম্ছোক্তুনা চৎখিদে। মুকখায়নবশিং অসিনা থোকহল্লকই থাক ৱাংলবা খূদোল কয়া মহাক্কী কেনভাসথক্তা মহাক্কী টুরি অমদি মচুশিংনা।

মন্দোবী তুরেলগী ওয়থংবা শরুক্তা ৱাংনা শন্দোকখিরবা শংবান্নবা বাজের্দ, য়েৎথংবা নাকলদা পনাজী সহরবু হৌদোক্লিবা কোরৌ মশেক্লা থক্তোরক্তুনা অঙৌবা বিল্ডিংশিংদা মমি তারিবা, শাহায়াদ্রি চীংশাংনা কোয়শিনবা চীংখোঙদা শুক্লবা উমংনা ফিজেৎনবা চীংশাং পরেং, ঈমাইদগী হুমগৎলকপা ঈরিক চেনবা নুংশিৎ, পূম্নমক অসিনা মাগী তূমদুনা লৈবা থম্মোয়বু তোয়না মীৎকপ থোকহল্লি।

নুমিদাংৱাইরম অমনি।

য়োইহেনবগী রিসার্চ লোইগদবা থা অনীমুক্তা ঙায়শিল্লক্লে। য়োইহেনবা মখূত্তা টুরি কেনভাস অমদি মচুশিং য়াওবা খাউ অমা পায়দুনা সমুদ্র তোর্ব্বানগী য়ুবী পাম্বী মখোঙদা লাক্লি। সনা মচুগী লৈঙোই মথক্তা তপ্পা হুম্বা মালংবগী শাফূনা য়ুবী মনাশিংদা থেংবদা সুক্ষ্মৎলবা যন্ত্রগী খোঞ্জেল থোকহনবগুম তৌরি। লমকোয়বা লাকপশিংনা জূরা জূরা লেপ্তুনা ফমদুনা মফমদুদা থম্মোয়গী পাউদম কয়া তম্নরিবদু উরুরগা য়োইহেনবগী পূক্নীং লাইজদা নীংশিংবগী মমি তাবম্মী। মোং হাদবী মলয়াগী মায়থোংনা মোমোন নোক্তুনা মাবু লোন্না লোন্না ফীজি মরুমদগী য়েংলক্লি। লাই য়েকপা ঙমদ্রে। মহাক্কী মীৎয়েং খূদিং শক্তম অসিনা থত্তুনা লৈখ্রে। মমৈথংদা উপাই লৈত্রদুনা মখূত্তগী খাউ অদু লৈঙোই মথক্তা থম্লগা মহৌশাগী

চীক্লবা  মতম্পাক্তা মোনখাঙ্গননা হীপ্পুনা মমীৎ অনীমক উইশি৺ দুনা শক্তমদু ফাগদবগী কোয়তান তান্নবা হৌরক্লে। অহানবা শকখঙ্গবদা লাংখিবা শানৌবী সুক্কৎপী খজাইগী ঈনিল, শুল্লাংগী মনম কাউঙমদনা লৈরনি মৈতান্না ব্রাখৈদ্রিবফাওবা। তথক তথকপী মিপাইজরবী মীৎস্না অনী ঙসিসু কাউঙমদনা লোত্তুনা থল্লি থম্মোয় লাইয়ুমদা। নীংশিংবা খৃদিং থম্মোয়বু ময়াই কাহল্লি। করম্বা মীৎকুপ্তা অদুগুম্বা থৌদোক্তু অমুকলাক্কদবা। লাঙতক্লনা ঙাইজরি। অদুবু তম্বা ঙমদে মীওইবগী পুন্সি ঙাইনা ঙাইনা কেমখিবসু য়াই পুন্সিনা। নীংশিংবা কৌবা মহাক্তি কৈদৌঙৈদসু মৃৎলরোই। অঙকপ্পনি হে! নুংশিবা, নঙগী শক্তমসে কয়াদা নীংথিরিবা! নঙদি ওল্লাংথাদা মেঙনা হুম্বা লৈনম য়েনবা নুমিদাংব্রাইরম মালংবনি। নঙগী মায়থোঙদি য়েন্নীংথাগী অয়ুক্তা পোমশাৎনরকপী গুলাবলৈগী লৈয়োন্নি। নঙগী ঈশৈনা মীওইবগী পুন্সিগী নাকেল্থাবু য়েন্নীংথা ওলহনবা ঙম্বা হৈনৌ মপালগী মনম্নি। ঈখৌ লাংবী মালেম লৈমগীনা কুমগী ঈরানি। নঙগী নগুনবু কনানা শীংথাবা ঙমগদগে?

মেরা থানি।

নুমিদাংব্রাইরম ওইরক্লে। লৈচীল পক্তনা শেংলবা শংবান্নবা অতিয়াদা চেক্লাশিংগী ঈশৈনা নিল্লি। ইকুই কুইদনা মখোয় মহুম তম্না পাইনখ্রনি। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা মালেমথক্তা সনা অহীংবা মচুগী ঈথক হৈথরক্লি। মলয়ানা মাংগোলদা ফমদুনা নোংচুপ চীংলোন ব্রাংমদগী থক্তোরকপা কোরৌ মশেকপু য়েংজরি। মবোকসু উখোকতেন ময়াদা ফমদুনা  হীদাক থক্লি। ইথা থাজদনা মবোক্লা ব্রা হৌরকই।

- ইবেম্মা, ইবোক্লা হায়রিবসে নঙগী ফনবনিনে। নুপামচাদুসু ফনা ফৈ হায়নৈ। মখোয়গী অহল লমনশিংসু ফৈ। ননে রজনীগী মচেগী মচানি। মশাসু লাই য়েকপগী ওজা ওইরি হায়। মশক মতৌসু ব্রাৎপা নত্তে ঐসু নোংমা উখ্রে। থা'সিগী তরানি পানবদা ব্রারোইপোৎ পুরক্লনি। মীগী মমাঙদা শিবা য়াবা নত্তেকো

মবোক্লা ব্রা ককশিল্লকই।

মলয়া স্বায় লাউই। অকনবা নোংলৈগী সহুম্না থম্মোয়দা নৈথক্লেকই।

- অসুক থুনা, ঐগী ব্রা খজিক্তসু তাবীদনা ঐবু মী নত্তবদৌনা। ইবোক ঐদি য়ারোই হায়রিবসিনিকো।

- নখোয় নহারোলগী হৌনবী করি লৈগে খন্দনা ফ্রং কম্বোকপদু তৌনুনে ইবেম্মা। কৈরাক থাবা ইমুংনি মখোয়গা শঙ্গ তৌবদি ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।

মলয়া করিসু খুল্লমদে ইমুংদা থুনা চঙ্খিরম্মী মবোক্লা নুংশাথীনা ব্রাখল খন্দুনা লৈহৌই।

অহীং ঈচিক হুনখ্রে। মলয়াদি তূমথবা য়ারমদে। মহাক্কী নাকোংদা মবোক্কী ব্রাহৈশিংদুনা ঙংদুনা লৈরম্মী - "ইনে রজনীগী মচেগী মচা, লাইয়েকপা অদুদি... তামো য়োইহেন, নহাক শোয়দনা ওইরক্লগনি"।

ঙসিদি খঙলে পুন্সিসিনা লুরবা পাউখোঙ অমা চল্লক্লি। ঐগী অঙনবা মথোৎ কারকপগী লূরবা থম্মোয় ঈপাক্তা অহানবা ওইনা মমি তাখিবা ঐগী থম্মোয়না লাৎচখিবা নহাক্লা ঙসিদি ঐগী নাক্তা

পুন্সিগী তৎন থানররোইদবা কুন্দো পরেং পুদুনা লাক্লি। অদুবু নহাক্কী নখৃত্তগী পরেংদু লৌনবগী থৌনা লৈত্রে লাইবক থীবী ঐহাক্তি। নহাক্কী শেংলবা অতিয়াদা অমংবা নোংগী মপৈ ওইনা ঐহাক্লা য়েৎপা পামদে। ব্রারৌনুকো ঐহাকপু।

খঙহৌদনা মহাক্কী মীৎলুদগী কুমগী নোংজুগুম পিরাংনা লেপ্তুনা শিন্থরকই। অমরোমদা ঐবু মী ওইনবা হোৎনবদা মরু কুম্লবী ইবোক্কী য়াথং। নত্তে, থম্মোয় নঙসু তপথৌ। য়োকপীদুনা চাউরক্লে য়োকপীরকপা মখোয়গী ধর্ম্মনি। ইশাগী লমচৎ ঙাকপনা ঐগী ইথৌ নত্রা? লমচৎকীদমক নত্ত্রা মীওইবনা হিংলিবা? লমচৎ ঙাকপা ঙমদ্রবদি শাগা চপ মান্নে। ঐ হৌজিকমক ইমোবগী মনাক্তা চৎকনি। মহাক্কা অরোয়বা ব্রারী শান্নগনি।

মলয়া ফুক হৌগৎলি লময়ায়দা চপ লেপ্পী। অহল ওইরবী মবোক্কী মফমদগী বিদাই নিরম্মী লোম্ছোক্তবা থম্মোয়না। কাগী থোঙ হাংদোক্লুনা তপ্লা মপান থোরক্লম্মী। অতিয়াদা নিপান্নি পানবা থাজনা চীক্লা লৈতেংলম্মী। ঈংলবা মালংবনা মহাক্কী থম্মোয়গী মৈশাবু মুথৎকে মতাগুম মেঙ্গা হুম্লক্লি। মলয়া শামতু মতেক অমনা মকোক খুমজিল্লদুনা লম্বীদা হাথু হাথু চৎলি। লম্বীদা ষ্ট্রীট লেম্প অমদি নিপান্নি পানবা থাগী তোৎশিন্নবা মঙালনা শন্দোক্লি। অরাপ্পদা হূইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংলক্লি। মলয়া মিপাইবা অমত্তসু পোক্লমদে। পূক্লীংদা হৌরকপা নোংলৈ নুংশিৎনা মাবু হুমদুনা পুরম্মী। ইমোবগী ব্রার্কসোপ য়ৌরক্লে। থোঙ্গা থীনগে হায়না মখূৎ থাংগৎলম্মী অদুবু থীনবা ঙম্লমদে। মনূংদগী খোঞ্জেল খর তারম্মী। মলয়ানা থোঙদা নাকোং নপশিন্দুনা খোঞ্জেলশিংদু মুন্না তারম্মী। খঙলে ইমোবা অমদি ইবেনীনি মনুংদা লৈরিবদু।

- 'সে, খরা চথোকউসে, নঙমুক করাম চাউবা নুপাসি লৈরব্লোই' ইবেনীগী খোঞ্জেলনি।
- সিবু ঐতরো নুপা খুদিংমক্কী হৌনশানে।
- অদু ওইরবসু হাকমনখ্রে নুমিৎ চুপ্পগী...।

অদুগা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লকই।

- ইতৈমা, নঙনা অদুম্না নোকপদো ওহ্থোক্লা পকচৈ। মীনোক্তু হেকনীংশিংলকপদা ননাক্তা হেক্তা চেন্নীংলকই।
- অচুম্বনে? ঐদি নখোয়সে থাজবা সুকঙম ঙমদে।
- অচুম্বনি, লৈশারিঙৈদা থেংনহৌদবসি নীংঙমদে। ইয়াম্বদুনা নঙবু থাদোরক্লিবসিনি ঐনা য়াম্না ঙক্লিবদি। নুংশিননা চেনবনি হায়বদাই?
- নখোয় নুপাশিংনবু নুংশিবগী মমল খঙ্বরনে?
- অদুম্নদি হায়গনুদা ইতৈমা, ঐখোয়সু মীনিনে।
- চুম্মী নখোয় মীনি অদুবু ঐখোয় নুপীশিংগদি য়াম্না খেন্নবা মী মখল অমনি।
- নুপা খূদিংমক হায়বদি শোয়দনা লানগনি নুপীশিংসু অমগা অমগা মান্নদবা অসুক য়াম্না লৈরিবসিদি? অঙাংশিংদুদি মমা পোক্তবীনা য়োকহৌরেদো।
- মসিগী ৱাসি তোকসিদা। মখোয়সু মরাইবক্তা তম্লম্বনি হায়বা তারে। মখোয়দা নত্তে ৱারিবা ঐসু ইচা কায়নবগী মৈচাক খাঙলিবসিনি। মতম খরদি ৱারেদনা ঐগী ইচা ঙাক্তনি নোংমা নত্রগা নোংমা ঐগী নাক্তা শোয়দনা লাক্কনি। ইমোবা, নখোয় নুপাশিংসে নশাগীতা য়েংবা জাৎনি। নুপীগী থম্মোয়না করিবু পাম্বা পুন্সিদা করিনা

খ্বাইদগী হেন্না মমল লৈনা লৌজবা অমত্তসু নখোয়না য়েংবীদে। শেংনা হায়রবদা মীৎকুপ মীৎকুপকী ওইবা অথক অরংদা নখোয়না ঙাওজবনি। নহাক্সুনি কয়াম কুইনা ঐগী নাক্তা অসুম্না লেনখিদোইনো? মী পূম্নমক ইজৎ হায়বদু খন্নবমক্তনি।

- ইতৈমা, পুন্সিদা ইজৎতা সুম কোন্দুনা লৈগদ্রা? ইজৎ হায়বদুদি কৈসু লৈতবা ব্রাফম্নি অমুকপু মাঙ্খ্রবদি অমুক হঞ্জিনহনবা ঙমদ্রবনি।
- অদুনা নঙগী ব্রানিদনা। লনাইগী মোত হায়বদুনি নখোয় নুপাদি অমরোমদা অদুম্না খন্দোক্লবসু য়াই নখোয়গী অশোয়বা খূদিংমক সমাজসিনা নুপানি হায়দুনা ঙাক্সীরি। ঐখোয় নুপীদি শোয়বা হায়বসি য়াদ্রবনি। ঐ নহানি অদুগীসু মথক্তা নুংশিবদা মায়থিরবীনি অদুনা থম্মোয়দা উরুম লাংহল্লবা কন্নাগুম্বা অমবু লায়না ইন্থোকপদি ঙমদে অদুগা অথিংবা খূদিংমকসিবু নমখায়দুনা ফোংনা শীংনবসু ঙমদে মরমদি ইচাশিং লৈরি। মমাগা মচাগগী মরক্তা লৈরিবা মবীসিদা অমকপা অমত্তা থম্বা য়াদে। অদুনা ঐনা ঙসি ফাওবদা যুম অমুক পান্দনা লৈরিবনি। নঙ পাউ অমা তাবব্রা?
- করিনো?
- নখোয়গী নচে লুহোংখিদৌরে। তরানি পানবদা ব্রারোইপোৎ পুরক্লগনি।

ইমোবা শকফম খংওল ওল্লি। পূক্নীংদা হৌরিবা নোংলৈ নুংশিংকী মমি মায়থোংদা ময়েক শেংনা তারি। ইবেনীনা মাবু মুন্না য়েংই।

- মী খূদিংমক পোলোইদদি মশাগী খন্নরকপা ঙাক্তনি। মপান্দা লেপ্তুনা লৈরিবী মলয়া লেপ্পা ঙম্লক্তে। মকোক ঙাওরক্কই। অসুক কুইবা মতম চিংনবগী ঈচেল্লক্তা কাওশিং ওইনা তাউথরকপদু হিদেন তাফম য়ৌরকপসিদদি খঙলে মখোয় অনীগী ঈতিনফম। অকনবা নোংলৈনা হুমদোকপীরবা মরূ ফূক্লবা উপালগুম থোঙ্গা মখোল থোক্লা হাইথরকই। ইমোবগা ইবেনীগা ইফিং ফিংনা থোঙ হাংদোরকই। মখোয় অনীমক্লা মলয়াবু উরম্মী। মলয়া তপ্না হৌগৎতুনা মখোঙ লূম্না থাংদুনা মফমদুদগী চৎখি। মশামকসু খঙজহৌদনা ইমোবসু মলয়াগী মতুংদা খোঙথাং অনী অহুম চৎলি মলয়াবু খাম্বদি ঙমদে। মচীন্দগী ৱাহৈ অমত্তসু থোরক্লমদে। মপূং ফানা মরাল য়াজরদুনা উয়ুংগুম লেপহৌই। ইবেনীনা অনীগী মতৌদুবু ঙক্লা য়েংলম্মী।

অহীং ঈচিক হুনখ্রে। তাইবংগী সনম মিনম তাখিদ্রে। অহীং অদু ইমোবা তূম্বা য়ারমদে পোত্থাফম খঙলমদে। মমীত্তা মলয়াবু নোক্ল শাউনা কপ্না হন্না হন্না উরম্মী। মহাক্কী মীৎয়েং খূদিং মলয়ামক্তা উরম্মী মাগী মনাক্তা অহীং অথেঙবদা লাক্লম্বা, চৈনা ফংদুনা হনখিবা খূদিংমক্তু নীংশিংলি। হৌখিবা থৌদোকশিংবু অমমমতা ওইনা নীংশিংলকই। নীংশিংবগী চেনা হাইদোক্লুবা খূদিং মহাক্কী মপাল নাইদ্রবা মিনুংশিগী ৱারীনা থন্না ইরম্মী।-" করিগী অদুক নীংবা কায়বগে? নঙ নহানি মতম লৈরি। ঐগী খূৎশি পায়য়ু থাক্তুদগী তপ্না তপ্না কাখৎলকউ। নঙগীদমক ঐহাক লৈরিবসিদি?" খোঞ্জেলসিনা ইমোবগী নাকোং অনীমক থনখ্রে। মতমদুদা কয়াদা নুংঙাইজখিবা। নোংমসু অথেঙবা অহীং অমদা মলয়াগী মনমগন্দা তুমিন্না হংগামপাল মচুগী ফি অমা কুপশিনবীখি মদুদা মানা খংখিবা

অদুগা নোকখিবা মীনোক। অহীং খূদিং ওক্তবা মাবু থেঙনা থেঙনা ঙাইদুনা চাক চাদবমখৈ লৈরম্বা খূদিংমক অসিনা ঙসিদি মৈহুমগী শক্তম লৌদুনা থম্মোয়বু কাথেকহল্লরে। খূদিংমক চৎখ্রে অমুক হন্না লাক্লরোই। ইমোবা হৌজিক্তদা নুংশিবগী চৈনা শেংনা খঙলকই। মমীৎ অনীমকপিনা থূক্কৎলকই। খাঙবা ঙমদনা হীক্রা কপ্লি চীক্লবা কা অসিদা।

নুমিদাংৱাইরম্লি। বীনোনা ইংলিস পেপর অমা পায়দুনা মলয়াগী মনাক্তা লাকই।

- নুংঙাইবা পাউ অমা লৈরে য়েংউসে তামোনা গোৱাদা রিসার্চ তৌরিঙৈদা থাগৎখিবা ওইরমাল্লে।

মলয়াদা পেপর পী মলয়ানা য়েংই হেদিংদা অসুম্না ইরম্মী - ''মিষ্টর এন য়োইহেনবা ৱিন্নর ওব একাদেমি এৱার্দ ইন মোর্দন পেন্টিং''। মলয়ানা হন্না হন্না য়েংজৈ হরাওবগী মশেকনা লূরবী মিস্নাদা ময়েক শেংনা তারি। বীনোনা মাগী মতৌবু য়েংজরগা নুংঙাইজৈ।

- ''মায় পাকপা অসিগা লোয়ননা অখন্নবা দিন্নর অমা তৌগদৌরি নঙগী কার্দ পীরকই।'' মলয়াদা কার্দ পী মলয়ানা লৌই।

অহীং ফন থেঙজিনখ্রে। অশীৎ অৱাঙ্বাগুম অকনবা নুংশিৎনা মলায়াগী থম্মোয়দা লান্দারক্লি। মহাক্কী ৱাখলগী মীৎনা য়োইহেন অমদি ইমোবা অনীবু চাংদম্নদুনা নক্রা পুশিন্দুনা যেংলি। অনী অদু কৈদৌঙৈদসু চাংদম্নবা য়াররোইদবা ঙাক্তনি। অমনা মমল

য়াম্বা হীরা অদুগা অমনা চেগায় মচেৎ। অদুবু মলয়াগী মীৎয়েংদা তাইবঙ অসি চেগায় মচেত্তনা শৌ শাখ্রবগুম উরকই। ব্রাখলগী অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা নৈথেকপীখ্রবী মলয়াসু তপ্না ফম্মুংদা হীপথরম্মী। মাগী মীৎমাঙদা নাইতোম ওইনা চোংথোরকপগুম তৌরম্মী লম্বী অমা। ''মান্নি, লম্বী অসিমক্কি ঐনা চৎকদবা'' মাগী মাইথোংদা অচেৎপা ব্রাশক্কী মমি তারকই। অনৌবা আশানা মীৎমাঙদা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরকই।

য়োইহেনগী কানি। আর্টিষ্টিক ওইবা মওংদা শেম শারবা কা অমনি। ফক্লাংদা মফম চানা চানা মোর্দন পেন্টিং খরা থেৎলি। পেন্টিং অমদি লৈকংলাগী সিননি। লৈঙোইগী ঈথক লৈঙোইগী চীংদুম নুমিৎকী মৈশা, উটকী খোঙগুল পরেং। মরক মরক্তা অশিবা উটকী শরু পোলাং মচোই মচোই তারি। কেক্তস পাম্বী অমা অনী শাৎকদবগী হোৎনরি। অতোপ্পা পেন্টিং অমদনা শজি অমগী মখাংদা চরাম্ন রবা কৈ অমনা লাকই। চৈনাখোল ফংলবা হিংজনীংলিবা শজিদুগী মমীৎ অনীদু উবদা পূক্নীংদা থুক লাউবা পোকহল্লি। অয়েকপনি হায়ববু থাজবা ঙম্লমদে। ক্যুবিজম অমা অনীসু থেৎলি। মোর্দন পেন্টিংগী লময়ানবনি হায়না লৌবদা মতীক চারবা পিকাশোবু মলয়ানা নীংশিংলকই। কাদুগী কোর্নর কোর্নরদা কাইনাগী, য়ারল পাৎকী, লোক্তাক্কী লৌকোয় পাৎকী য়েকথোক্লবা সিনরিশিংনা লৈতেংলি। মলয়াগা বীনোগা ব্রা অমত্তা ঙাঙনদনা কাদুবু শীনবা থুংনা য়েংলি। ফ্লোরদা অমুক মীৎয়েং হোংলকই মদুদসু অব্রাৎপা লৈরমদে মওং তানা শেম্লবা গম্লাশিংদা মখল মখলগী লৈ ক্রাইসেনথিমম গ্লেদিওলা পোপি, সাইক্লমেন দাহলিয়া, বোগেনভিলিয়া, গুলাব

কোম্বীরৈনচিংবা লৈশিংনা হৌরি। অশাৎপা লৈ খরসু য়াওরি। য়োইহেন্না চা পুদুনা কাদুদা চঙলক্লম্মী।

- চাসি মহাও য়েংশি বীনো।মীনা তৌবীবা নীংবা থুংলোই হায়দুনা ঐনা হেক্তমক লোল্লক্লবনি।
  অদুগা মলয়াদা হাইফেৎ য়েংই।
- সিদগীদি চা লোনবীনবা মী অমা লাক্লগদবনিনা তামোসু চাউথোকপা হৌখ্রনিদো।

বীনোনা নোক্লুনা খুল্লকই। মলয়াদি তুমিন্না শকফম হঞ্জিন্দুনা ফল্লি। ঙাওনরিবা ব্রাশিংদু তাদবগুম মলয়ানা লৈ পাম্বী অমদা য়েংদুনা হংলকই

- তামোগী লৈ ময়ামসিগী মরক্তা মশক খঙদবা লৈ অমা য়াওরে। মনা কূপশিৎ কূপ্লগা তখেল্লেগা চপ মান্ননা পিশক পীক্লা শাৎলিবা অঙাঙবা লৈ অসি করিনো অমুক্তসু থেংনজদ্রি।
- মসিনি ইঙেল্লৈ হায়বদো। কৌব্রুগী খোঙচৎ অমদা থেংনদুনা ফূক্লকখিবনি। মফমদুদা থেংনবা চীংমী অহল অমনা ইঙেল্লৈনি হায়বিরকখি।
- লাইশিংসিসু ওঙ্খোক্লা ফজৈ পূক্লীংগী ঈথিলশিংদু শক্লাইবা মৃত্তী ওইনা মাঙদা লেপ্লবগুম তৌই।
- অদোমগী পূক্লীংগা চান্নরুবনিনা। কনা কনাগুম্বনদি ঐবু পক্কা পেসিমিষ্টনি হায়দুনা নোক্লবসু য়াওই।
- মী মীগী কনসেপ্টশিংসি খেন্নৈ।
- অদোমগী শৈরেং পারগা অদোমসু পেসিমিষ্টনি হায়বা খঙজে। ঐনা গোব্রাদা লৈরিবৈদা মালাগী শৈরেং অমখক থেংনখি মরূপশিংনসু য়াম্না থাগৎনখি।

- করম্বা শৈরেংনো?
- ড্রিম ওফ অ ৱাটর হায়এসিন্থ।
- ত্রান্সলেট তৌখিবা শৈরেংদুনি।
- কন্নানসু শীংথানবীদ্রবসু য়েংবীনীংদ্রবসু কবোকং মপাল অমনা কয়াদা মকা লাম্না শাৎলিবা। মালাগী প্রজেন্টেসনশিং মরূ য়াম্না হকই।
- শৈরেং অদুমক্তি ওপটিমিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংনি। ঐহাক্তি কন্নানসু শীংথানবীদ্রবা থওইবীদ্রবশিংগী পুন্সিবু ওহ্বোক্না নুংশিজৈ। মীপুম খূদিংমক্না গুলাবকী ফজবা, থম্বাল থরোগী ফজবতবু শীংথানরি শক শোন্নরি অদুবু অমুক্তং পূক্নীং চঙ্গা য়েংবিয়ু থারিকথাগীসু ৱাকৎ অমদি শোয়দনা লৈগনি অসিদসু নত্তনা ৱান্দেং খোইবী মপালগীসু নুংশিবা সুক্নৎপা অমদি অদুম্মক য়াওরি। শীংথাবীনবা খঙ্গীনবা লৈতবগী ৱানি। ঐগী শৈরেং অয়াম্বদি মখোয়গী পুন্সিগী ঈশৈনি।
- মী মীগী পোখোক্তা মশা মশাগী পুন্সিগী অমদি পূক্নীংগী মমি তাই হায়নবসি চুম্বা তামো? বীনোনা হংলকই।
- অচুম্বনি বীনো কলাগী পোখোক খূদিংমক্কী মরুমদা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি লোত্তুনা লৈরি। মতাং অসিদা ঐগা মালাগা মান্নবা ৱাখল্লোন অমা লৈরে। ঐগী অকোয়বদা হিংলিবা মীশিং হিংলি হায়বতমক ঙায়রবা মরেক মহাউ থাংদ্রবা শক্তি লৈবশিংগী খোঙ্গনেৎ ফিদা ওইরবশিং অসি ঐগী কলাগী থব্রায়নি।
- তামোগী পেন্টিংদা থম্বীরিবা পান্দম অমদি হোৎনবা অসি কদায় ফাওবনো?

- নুংশিরবা যন্ত্রগী খোঞ্জেলবু ঐনা করম্না য়েক্কনি অদুগা অমুনবা উহৈগী মহাওবু করম্না য়েক্তুনা ফোঙদোক্কনি মসিনি ঐগী পান্দম হায়ববু।

- তামোদি অশেংবা কলাকারনি।

- ইহে ৱারী নুংঙাইমন্দুনা ঐদি কাউথোক্লুরে ইনে রজনীনা তামোখোয়গী ইমাদা পাউ অমা হায়রকপনি অমুক্তা হায়রুখিগে। মলয়া তামোগা ৱারী শান্নরম্মু।

বীনো থোকখি।

- তামোগুম্বা মচা অমা ফংজবা ইরৈবাক্কী লাইবক ফবনি। মতম খূদিং য়াইফবা ওইবীয়ু।

- মালা, নহাক্কা হেক শকখঙনখিবা মীৎকুপ্তগী ঐগী থম্মোয়না মীৎনা উবা ঙমদবা শোকপসু য়াদবা থম্মোয়গী ৱাফম অমা য়েক্কে হায়না খঞ্জরি।

- মদুবু করম্না ওইথোক্কনি?

- অঙাওবগী ৱাখল তারব্রা? অচুম্বনি, নুংশিবগী অর্থ হনবা লোইদনা চৎনখিবা ঙাক্তনি মীওইবনা। য়েংউ, ঐগী কাদা হৌরিবা কোম্বীরৈসে অদুঙৈ নঙ ঐ অহানবা শকখঙনখিবা নুমিত্তুদা য়ারল পাত্তগী ফূক্লকখিবা চারানি। মতমদুদা ঐনা ৱাশকখি লৈসিনা শাৎলকপা মতমদুদা নহাক ঐগী নাক্তা শোয়দনা লাক্কনি। হৌবদি হৌরে অদুবু মপালদি শাত্ত্রি নহাক্কী নখূৎমক্তা ঈশিং চাইবীবা ঙাইদুনা লৈরমাল্লে।

মলয়া ৱা ঙাঙফম খঙ্লমদে। মহাক্কী খৌজেং ফুনগৎলম্মী। য়াম্না উপাই লৈতবা তোনবা মীৎয়েংনা য়োইহেনববু য়েংদুনা লৈরম্মী।

- মতমদুদা মহাক শোয়দনা শাৎলনি নত্ত্রা?

লৈজবা থৌনা পুম্নমক খোমজীল্লদুনা মলয়ানা হায়রকই-

"ঐবু ৱারৌবীনু তামো। ঐগী লাইবক্থীবনা মরকসিদা তামোগা উন্নবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। ঐহাক মী হাৎপা মীওই অমা ওইরগনি। অদুবু ফোঙদোক্তবদি য়াদ্রে। ঐগী পুন্সি লম্বীদুদগী তোখাইনা লৈরগে লেপচরে। মীৎ উইশিন্দুনা থম্মোয়গী মীৎনা য়েংবীয়ু। ঐখোয়গী অকোয়বদা চেগায় মচেৎ কয়া তাদুনা লৈরি। লম্বী চৎপশিংগী মখোয়না খুদি ওইরি। চৈনাখোল ফংলবশিংগী তেংথাখোলনা মালেম অসি নিল্লি। মখোয়গী পুন্সিবু ঐনা কনবা পামজে। ঐহাক চীলদ্রেন হোম অমা লিংখৎপগী আশা লৈজরে।"

ৱাংনা শাগৎচরুবা য়োইহেনগী আশাগী দলান অমমমতা ওইনা নীংখায়রকই।

- নহাক্কী মঙ, নহাক্কী আশা কনানসু লাম্বা ফংলোই মালা। তশেংনা নহাক লাইবক ফবীনি। মতুংসিদা অমুক হন্না ঐগী লমহেল্লবা থম্মোয়গী ৱাকৎ অমত্তসু নঙগী নফমদা ফোঙদোক্করোই।





# ৮

মলয়াগী মবোক কন্না নাবে। মলয়ানা মবোক্কী সেবা তৌরি। হীদাক পীথক্লি।

- ইবোক্কী ইবেম্মা নঙগী খংবদা ইবোক্তি ব্রায়দকো। ইবোক্তি পঙকুই কুইদৌবা মান্দ্রে। নহাক্লা নয়ূম-নকৈ পান্দুনা খোঙগুন তানা লৈহে রবদি ফগদবনি।
- ইবোক পোত্থাবীয়ু। ডোক্টরনা ব্রা য়াম্না ঙাংবা ফত্তে হায়বদু নীংশিংদ্রববা?
- নুপামচাদুসু করিমগা ব্রাংপা নত্তে। অদবু নঙনা হেক ঙমদুনা নাহোকহন্নাখদো। মখোয়গী অহল-লমনশিংদুনা কয়াদা নিংঙমদনা লেরিবা!
- ইবোক তুমিন্না অমুক্তা পোত্থাবীয়ো।

- নঙনদি পোথাউ হায়রি। ঐগী পোত্থাফমদি নঙনা পীদ্রে। নঙনা খল্লীবা ব্রাখলদু কুইবা য়ারোই নোংমদি শোয়দনা অনুতাপ লাক্কখিগনি।

মবোক ব্রা ঙাঙবা খঙলেপ লেপখি। নুংশা শ্বর চাউনা চাউনা খাঙতপ্তা হোল্লি। মলয়া তৌফম্ম খঙ্গনা মবোক্কী মকোক্তা মচীন্না কান্মী। নর্স অমদি ডোক্টর কৌগনি হায়বা ফাওবা কাউরম্মী। মমৈথংদা নর্স অমদি ডোক্টর লাক্কুনা পীফম থোকপা ত্রিটমেন্ট পূম্নমক পীরম্মী। শ্বর হোনবা লেপখ্রে। নর্সনা অঙৌবা ফি অমনা অনাবদুগী মশা পূম্নমক কুপশিল্লম্মী। হোস্পিতালদা লৈবা মী পূম্নমক মলয়ানা কনামত্তা উরমদে। তাইবঙপান পূম্নমক পূমহাং হাঙলম্মী। মহাক কপ্পসু তৌরমদে। লৈতান্না শাবা মূর্ত্তীগুম্না চপ লেপ্পুনা লৈরম্মী। নর্স অদুনা মহাক্কী মপূক্লীং থেমজিনবিরি। অদুবু মহাক্না করিসু তাবা ফংলমদে। মহাক্কী পুন্সিনা হাইনা হুম্না শান্নজরম্বা অচীকপা অহীংগী থাবলদু তমথীবা নোংগী মপৈ অমনা খুমজিনবীখ্রে অমুক হন্না মঙাল পীররোই। পুন্সিগী লোইনাইদ্রবা খোঙলৈ অসিনা পীবা অব্রাবদু খাঙবদা মহাক্কী নৌরবী থম্মোয়না কয়াদা ব্রারিবা! অদুবু খাঙদবদি য়াদে হিংবা হায়বসি অব্রাবা খাঙবনি। ব্রাখল লাক্লবা মতমদা মলয়ানা মশাগী পূক্লীংবু থেমজিঞ্জরি।

চীলদ্রেন হোমগী কা অমদা মলয়াগা মন্দোমচাগা ব্রারী শান্নরি।

- ইবেম্মা ননাওগা নৌপ্পাগা থোরক্কনি হায়বদু কৈদৌঙ্গেনো?

- ঙসি তরানিমুক্তা ঙাইশিল্লক্লে। মচেসু মাষ্টর লোইখ্রে। তোম্বনা হাউস জোব লোইখ্রে। লম খর কোয়রকখিসনু

হায়দুনা ঐনা লাকহন্দবনি। তোম্বনা অঙাংশিংগী মশা চ্যেক তৌহনগনি মচেনা ক্লাস পুবদা মতেং পাংহনগনি।

- ননাওশিংনা থাকসি য়ৌরক্লিবসি নঙগী নপালদগীনি। ইচাগী অপাম্বা লম্বীদা ননাউশিংবু পুগদবনি।

ঙাশিল্লিবা থোঙদা মপান্দগী কাক কাক থীল্লকই।

- লেঙ্গশিনবীরকউ।

য়োইহেন চঙলকই মলয়াগা মাইয়োক্লনা থারিবা শোফাদুদা ফম্মী।

- মেত্রিকুলেট একজামিনেসন হায়দোক্লে নঙগী মঙ মহৈ য়াল্লে মালা। য়েংউসে নহাক্কী চীলদ্রেন হোমগী মোনিকানা ফার্ষ্ট পোজিসন লেপ্পক্লে।

য়োইহেন্না খবর পী মলয়ানা য়েংই। মাইথোঙ্গা হরাওবগী মশেক্লা লৈতেংলকই।

- ওহ্মোক্লা নুংঙাইরেদকো ইবুংঙো। ঈশ্বরগী থৌজালনি। ইচানা ৱাজরকপগী মহৈ পীবীরবনি।

- অচুম্বনি ইন্দোমচা, ঐখোয়না হোৎনদবগী তৌবনি হোৎপু হোৎনরবদি মদুগী মহৈ অমদি ঈশ্বরনা পীবীবা জাৎনি।

- ইমা চা লোল্লক্কে। নুংঙাইবা পাউ পুবীরকপগী ঙসিদি ঐখোয় পূন্না চাকচাশি।

মলয়াগী মন্দোমচা থোকখি।

- ঐগী মোনি তশেংনা অচঙ্বা অঙাংনি তামো। পীক্লিঙৈদগী হৌনা চীলদ্রেন হোম অসিগী অঙাংশিংদগী তোপ তোপ্পা গুন চেন্দুনা লাক্লবনি। মথৌদা পূক্লীং চঙই অদুগা পীথোরকপা ব্রেনসু লৈ। মানা অমুক্তং তাখ্রবা পারা অনীরক হন্না তাক্লিংঙাই ওইদে।

- মোনিকাগী পুন্সিগী ৱারী অমা য়াম্না মরূওইরক্লে। মহাক কমদৌনা হোম অসিদা লাকখিবনো?
- হোস্পিতালদা ইবোক নাদুনা লৈবা মতমদুদনি নর্সশিংনা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা অঙাংদুগী মমানা পামদবগী ৱারী শান্নবা ঐনা হাইফেৎ তাখি। ঐগী চিলড্রেন হোম অসি লিংখৎপগী ৱাখল লৈরবা মতম্নি। ঐনা তান্নজদুনা মাবু ফংহৌই। ঐনা মাবু মমা অমগুম্না হোৎনরকখি। হোম অসিগী অঙাং অতৈদি পুংকক চাউরক্লবা মতমদা লায়রবা মমা মপানা হোৎনব ঙমদবদগী হোম অসিদা থারক্নখিবনি।
- করিগীনো মোনিগী মমানা মাবু পামদ্রিবদি?
- সমাজগী চৈথেংননি তামো। মতমদুদা মহাক লৈশাবী ওইরি। খুদোংচাবা লৌরগা নাহোকখিবা নুপাশিংগী মরালদি সমাজ অসিনা উশিন্নদবা ঙম্মী। নুপানি হায়দুনা ঙাকপীবসু ঙম্মী। অদুগা খুদোংথীবদা তাহৌরবী নুপীজাশিংদদি মহাক্না মমীৎ লাওথোক্কুনা য়েংলি অদুনা মমা ওইবী কয়াবু লৌনশ্বী ওইহল্লি।
- চৈথেংসিবু মাযয়োক য়ানবা নুপীশিংগী থৌনা লৈত্রব্রা
- করিগী লৈতনি। অদুবু নুপী খৃদিংমক্কীদি নত্তে। মী মীগী মফমদা লৈরিবা পূক্লীংগী ৱাফমশিংসি খেন্নৈ
- হায়রিবদু অচুম্বনি। ঐখোয়গী খুনাইদা অওনবা অম তঙাইফদ্রবনি। নুপীশিংগী লাঞ্জং অমা য়াম্না মথ ওইরবনি।
- অদুগা নুপাশিংগীসু মশাদা লৈরিবা অশোয়বশিং অসি

শেমদোক্লচদুনা ভাব তাবা থৌদাং মশক খণ্ডবা নুপীবু
ইকাইখুম্নবা নুপা অমমম ওইবা তঙাইফদ্রবনি মদুদদা
ঐখোয়গী খুনাইনা অৱাংবা থাক্তা লেপ্পা ঙমগদবনি।
মলয়াগী মন্দোমচানা চা পুশিল্লকই। মখোয় অহুম চা থক্কমিন্নে।

চীলড্রেন হোমগী হোল ফজনা লৈতেংই। মীটিং অমা চঙখরি। মলয়ানা ৱা ঙাঙলি। মী চোন্না তিল্লি। য়োইহেনবনা সভাপটিগী ফমফমদা ফম্মী। মপানগী লম্বীদা ইমোবা লাকই। মশম মকোই কক্তে হেক য়েংবদা অঙাওবা মাল্লি। ফীভমসু থীনা শোক্লচিল্লে। মলয়াগী খোঞ্জেল তারকই ইমোবা চপ লেপ্পী মরুমদগী মলয়াবু য়েংই।

-"ঐগী পুন্সিগী পান্দম চীলড্রেন হোম অসিদা লৈ।"
মলয়ানা ভাসন পীবা হৌরকই।
-পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা থোক্লখিবা থৌদোক অমদগী ঐগী মঙ অসিগী মরু হুনবা হৌখি। ঐনা থেংনখি তুংগী পুন্সিদা খুনাইগী যৃম্বী ওইরক্কদবা অঙাং কয়াগী পুন্সি মখোয়বু পোক্লিবা মমা মপানা মীরাইবদগী লৈখা তানা মাঙখিবা। লম্মাংনরবা লম্বীদা আশা য়াওদনা চৎলিবা অঙাং কয়া কয়াগী পুন্সি। মসিদি অকিবগী মশক্লি। মখোয়না তমথীরবা লৌনগনবা লায়নাগুম সমাজদা ওক্তবগী লায়না মথং মথং শন্দোরকই। মী খুদিংমক্পু মোৎহল্লকই। মীখা থাবা খুনাই অমা ওইরকই। মসিদগী কন্ননবা পাম্বে লৈত্রবরা? ঐনা তোয়না ইথক্ত হংজখি। মদুগী পাউখুম ওইনা ঐগী চীলড্রেন হোম অসিগী ৱাখল

চোংথোরকখি। অদুবু অরায়বদি নংখিদে। পৈশা দরকার ওই, নীংবগী পাংগল দরকার ওই পূম্নমক্কী মথক্তা মপান নাইদ্রবা থাদোকপগী মথৌ ত্তাই। ময়ামগী মাঙ্গা দাইসতা লেংশিনবীরিবা থৌরম মপৃগী তাংবল লৌবীরিবা তামো য়োইহেনবু ঐহাক্না মতাং অসিদা পন্দবা ঙমজদে। তামো মমিং লৈরবা লাই য়েকপা অমনি মণিপুর আর্ট কলেজগী প্রিন্সিপালনি। অদুগা ঐগী হোম অসিগী পেন্টিং ক্লাসকী ওজাসুনি। হোম অসি হৌগৎলকপদা পৈশাগী অকিবা ফংনা বাবা অমা হকথেংনজখি অদুবু তামোনা লৃপা লীশিং য়াংখৈ কথোকপীদুনা ঐগী অবাবা কনবীখি। ময়াম পূম্নমক্না য়োইহেনববু থাগৎনদুনা খুবাক খুনরকই। অদুগা আশ্রম অসিগী মতেং পীবীখিবা মীওই খরগী মিংসু ঐনা রেকোর্দ থমজরি। মণিপুর গভর্নমেন্টনসু চহী তঙখাই তঙখাইগী ওইনা মতেং পীবীরক্লি। পূম্নমক অসিগী লমন ঐনা তোল্লবনি। ঐগী চীলদ্রেন হোম অসি লৈখিদ্রবী ঐগী ইবোক্কী মিংদা লিংখৎচবনি। চহী কুন্নমুকসিগী মনুংদা ঙসিদি ঐগী মঙ শামা নঙফাওনজরে। হোম অসিগী হৌদোকামিন্নরকপা ঐগী মোনিকানা মণিপুর অপুম্বগী হাইস্কুল লিভিং সার্টিফিকেট একজামিনেসনদা অহানবা পোজিসন ফংলক্লে।

ময়ামগী খুবাক মখোলনা সেকেণ্ড খরা নিঙ্গি।

-মৈহৌরোনদগী হৌনা ঐখোয়গী ইপা ইপুগী মীংচৎ ''লৈরক্লি মরৈবাক নীংবা অমদি লিংজেন থৌনাদা।'' মলয়ানা মখা শমথরকই - '' অদুবু ঙসিদি

কদায় ঐখোয়সিবু মখোয়গী মচা মশুনি হায়বদা চৃশিন্নরিব্রা? ঐনা হায়জনীংই পৃম্নমকওয় তৈনরে ফত্তবা লমচংতা নিশাদা ঈন্দগুনা ভূমিং কাওগুম তোন্না থিংনরক্লে। মসিবু অচুম্বা লন্বীরা? ফত্তে খঙ্জবা লম্বীদা হনবা লৈতনা চংনরিবশিংসি পাওদবা অপঙবা নত্তনা করি ওইগনি? মীওইবা সমাজদি পাওদবা অতনবা মীগী লৈফম নত্তে। মখোয় অদুদি মশা মথন্তা থৌরী য়াম্দুনা শিজথিবনা হেন্না ফৈ। অদুনা ঐখোয়গী খুনাইবু কন্নবা ইশাগী শক্তম মাওথিদনবা মমা মপা ওইবশিংনা শেম শাবা তাই, নুপাশিংনা নুপীশিংবু মখোয়গা চপ মান্নবা মীওইবা অমনি হায়না খন্দুনা ইকাই খুম্নবসু মথৌ তাই। নুপা নুপী অনীনা থোং মান্নবা চংলবতদা অফবা মমা মপা ওইবা ঙমগনি অফবা মীরোল অমা পুথোক্পা ঙমগনি। ব্রাহে খরসি হাযজরগা ময়ামগী মফমদগী কাযনবগী ব্রাহে নীজবি।"

...গী শিশচ লোইখ্রে।

...দ ...সাউমখে লেপ্পুনা লৈবিব ইমোবা মকোক ভাওই ...প্পা ঙমদে। যাম্না ব্রানা খোঙথাং মরি মঙা থাংদোকই। চৎপা ঙমদে। মকোক ঙাওমন্দুনা লৈমায়দা হাইথখি।

চীলদ্রেন তোম অসিগী দিসপেন্সবিদা ইমোবনা লৈবক্লিবসি থা মখায় অমা সুজিল্লক্লে। মহাক্কী মশা খরদি হনগৎলে। ডোক্টরনা মাবু চোক তৌবা চঙ্লক ই।

- হকচাং খরা নুংঙাইবিরব্রা?

- ফনা য়াম্না নুংঙাইজরে। ডোক্টরগী লমন তোনশিল্লবনি।
- ব্রাহে অদুদি চীলড্রেন হোম অসিদা হায়বীগদবনি। অদোমগী রেসপোন্সিবল পূম্নমক চীলড্রেন হোম অসিনা লৌরিবনি।

ডোক্টরনা ব্লদ প্রেসর য়েংই ষ্টেথোস্কোপ থাদুনা থবাক য়েংই। কেস, সিত্তা হীদাক খর ইশিল্লি।

- ঐনা ইজরিবা হীদাক্নশিংসি চাং নাইনা চাবীয়ু খর কুইনা চাবীবা তারে। হকচাং য়াম্না হনগৎলে ঙসি নত্রগা হয়েংমক য়ুমদা হনবা য়ারনি। অদুগা ব্রাফম অমনা মতুংদা নিশা অমত্তা শীজিন্নবীগনু। থবাকসি খর থীনা শোকথ্রবনিনা নিশা শীজিন্নরবদি অমুক হঙিল্লকপা য়াই। নুংঙাইত্রগা মফমসিদা নত্রবসু অনকপা সেন্টর অমদা চ্যেক তৌবিবা য়াগনি।

ডোক্টর থোকখি। ইমোবা মথক্তা ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈহৌই।

- ঐহাক মফমসি থাদোক্লগনি... নঙগা অমুক্তংদি উন্ননীংই অদুবু উন্নরগা ঐনা হায়গদবা ব্রাহেসিবু করিনো? মতম অমা ঐগী কল্লক চাউরবা থম্মোয়সিনা নহাকপু ঐতগী ওইজনীংবনা ঙাকপীফম থোক্তবা ইরাল লঙজখি অদুগা ঙসিদি লঙজখিবা অদুগী মহে ওইনা ঐগী থব্রায়বু নঙনা কনবীররে। পুন্সিগী লম্বী তম্খায় চনশিল্লক্লবা মতমসিদা ইরালনা লূমথরবা খোঙ অনীসিনা নঙগী থোঙজিন্দা লেপ্লরে। মসিমক ঐগী অপাম্বদি নত্তে। পুন্সিসিমগী ওইনা নঙগী মীৎমাঙদগী লোৎখিবা অদুনি ঐনা পাম্লম্বদি।

ইমোবা ফমুংদগী তপ্পা হৌগৎতুনা কাদুদা হনগৎ হন্দা চৎলি। নুমিৎ তাশিল্লক্লে। পুর্নিমাগী থাজনা নোংপোক চীংদোল ৱাংমদগী মঙালগী ঈথক শন্দোরকই মালেমথক্তা। হোমগী কেম্পসতা লৈরিবা পুথ্রীদু উবা ফংই। নুংশিৎনা তপ্পা শীৎলকপদা ঈশিংগী ঈপোম হৌহল্লি। থাবল্লক্তা ঈপোমশিংদু মুক্তা মরীক চাইথবগুম তৌরি। পুথ্রীগী মচি মচিদা লৈখোক লোয়রবী থম্বালগী লৈনা ময়াম চোইনা তারি। তনৌ তনৌবা থিনগৎলকপদা ঙায়রিবা থমচেৎ অমা মালংগী সহুমদা তপ্পা তপ্পা হাইরি। জালীনা খাবা কাগী থোঙাউ ফাওদোক্তুনা ইমোবনা সিন্দুবু থৱায় য়াওনা য়েংলি। মাগী মায়থোঙদা আশাগী মমিনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরকই পন্সিগী মমল ঙসিতমক শেংনা খঙলকপগুম তৌরি।



**হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

১. **শিংগারৈগী লৈকাদা** (উপন্যাস), ১৯৮৩;
২. **লোইনাইদ্রবা থব্রায়গী ঈশৈ** (শৈরেং), ১৯৮৮;
৩. **উতোল অমদি উচেকশিং** (শৈরেং), ১৯৯৯১;
৪. **শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা** (শৈরেং), ১৯৯৫;